# উমাইবী অমসুং
# অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

ঙাথেম নিংঙোল কোঙবম ওংবী ইবেয়াইমা



কোঙবম কম্ম্যুনিকেসন সেন্টর
ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

**UMAIBEE AMASUNG ATEI PHUNGA WAREESHING**

*(A collection of 12 folk tales*
*written by Ngathem (N) Kongbam (O) Ibeyaima,*
*published by Kongbam Communication Centre, Imphal in 2004)*

অফোঙবা ঃ কোঙবম কম্যুনিকেসন সেন্টর
বাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল
ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১
ফোন ২২৩০৯১০



অহানবা ফোংদা ঃ জুন ২০, ২০০৪ ইং কুম
ইঙেন ৩, ৩৪০১ মলিয়া কুম

কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ১৮০

মথুম অমসুং

মনুংগী লাইয়েক ঃ নিংথৌজম ওকেন
ব্রহ্মপুর লালজী লাকপা লৈকাই, ইম্ফাল।



নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স
কেইশম্পাক, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১
ফোন ২২২১৮৬৪

## ইপা ইবুংঙো ঙাথেম গুলাপ অমসুং
## ইমা ইবেম্মা সোরোকখাইবম নিংঙোল ঙাথেম ওংবী তোমচাগী
## মফমদা কৎচবা

ইথক থোংবা কয়াবু, থকসি লিকলম কায়দনা, নুংশি চান্না তিন্নরম্বা।
ইখা থাবা কয়াবু, খাসি লিকলম কায়দনা, লুনা চান্ন তৌবিরম্বা।
চংজরকপা খিবিকপু, চংজফমবু পিবিবা। মীনুংশি চাউবা পম্বৌও,
পম্বৌনা তাকপিরম্বা য়াৱাবু, ঙসি ফাওবদা কাউজদ্রি।

"মীঙোন্দা অকনবা ৱা হায়গনু।
মীগী পুক্নিং নাহনগনু।
মীগী মপোৎ পামগনু।
মীগী মপোৎ ৱায়রুগনু।
ঐগী ইপোৎ ৱায়হল্লু।
মীগী মতেং পামগনু।
ঐগী ইতেং পীথোকউ।
মীনা নুংঙাইতনা চৎখিগদৌবদু,
নখোয়না নুংঙাইতনা হল্লকউকো"

তারি ঐগী নাকোংনা ঙসি ফাওবা অসিদা।

পংলবী চমজরবী ইমানা মীগী মপান য়াওদনা।
পাঙ্গন্তনা শুজ নোমজদুনা, ঐখোয়বু চাউনবা য়োকপিরকপা,
উরি ঐগী মিৎশিনা ঙসি ফাওবা অসিদা।

মপোক মপোক খুদিংদসু, লমন শিংঙম্লরোইদবা, পম্বৌ পলেম অনিদা।
তুংদা হৌরক্কদবা মীরোন্না পাবদা, কান্নগদ্রা খঞ্জদুনা ইজবা নমোম্না
মীৎলু পিরাংগা লোইননা কৎচরি নচাগী
**"উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং"**

ইবেয়াইমা

# ৱাহৌদোক

ঐগী ৱারীশিং অসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা হায়বদি ইংরাজী কুমসিং ১৯৪৫ দগীনা ১৯৪৮ ফাওবগী মতম অদুৱাইদা লাই ওইখ্রবা ঐবু পোকপীবা ইপা ইবুংঙো ঙাথেম গুলাপ, ইপাগা পোকমিন্নবা ইনেহন ঙাথেম নিংঙোল থিঙুজম ওংবী ইবেতোন (পেমতোন) অদুগা ইনেতোন লৌবা মাম্ম ৱাহেংবম তোম্পোকচাও মখোইশিং অসিনা লীবিরম্বনি। ইপাগা পোকমিন্নবা ইনেহন অসি ৱারী লীবা য়াম্না হৈ। অয়াম্বদি মহাক্না লীবিরম্বনি।

ঐখোইনা অঙাং ওইরিঙৈ মতম অসি যন য়াম্না লোইনরম্মী। যনশিং অসিগী ষষ্ঠী অসি চৈদা নপ্তুনা শারগা মদু নুংশাদা ফৌদোক্লগা কংলক্লবা মতমদা শীং ওইনা থানরম্মী। মতম অদুদা ঐগী ইনেহন অসিনা অয়ুক্তা অঙাংশা ষষ্ঠী শারশি ষষ্ঠী ৱারী লীবিগে হায়দুনা ঐখোয়বু হেক হেক কৌশিল্লি। ঐখোইনসু ষষ্ঠী ৱারী লীবিয়ু হায়দুনা ইনেহন্দা হায়।

অসুম তৌদুনা ঐখোই ময়াম ষষ্ঠী মনাক্তা ইকোয় কোয়না ফম্লগা ইনেহন্না ষষ্ঠী শানা শানা ৱারীশিং অসি লীবিরম্মী। ঐখোইসু ষষ্ঠী শানা শানা ৱারীশিং অসি তারম্মী। মরম অসিদগী ৱারীশিং অসি ষষ্ঠী ৱারী হায়নসু খঙনরম্মী।

অসুন্না অহনশিংনা অঙাংশিংবু কৌশিল্লগা থবক শুবদা ওইরবসু চুন্না ফুঙ্গা মনাক্তা ফম্মীন্নবদা ওইরবসু ৱারী কয়া লীবিদুনা অফবা পাউতাক ওইবা কয়া তাকপিরম্মী।

অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি মহৈ মশিং তম্বীবগী কাংলোন্দা অনৌবা মওং কয়া লাকপদগী অহনশিংগা অঙাংশিংগা পুল্লগা ৱারী লীনবগী থবক অসি তৌনরক্তে। মরম অসিদগী ঐনা লাই ওইখ্রবা অহনশিং অসিনা লীবিরম্বা কান্নবা মচাক কয়া য়াওরবা ৱারীশিং অসিবু মাংহন্নিংদদুনা ইজবনি।

ফুঙ্গা ৱারীশিং অসি লাইরিক ওইনা ৱারী ১০ মুক ইং কুম ১৯৬৯/৭০ অদুৱাইদা ইখি। অদুবু খুৎহীশিং অদু থিফম খণ্ডদনা মাঙখি। অদুদগী নৌনা অমুক ৱারীশিং অদু নিংশিংদুনা ইং কুম ১৯৯৮ অদুৱাইদগী ইবা হৌরকখি। হান্নগী মাঙলুরবা খুৎই অদুসু ইং কুম ১৯৯৯ গী নবেম্বর থাদা ফংলে। অহল লমনশিংনা লীবিরম্বা ৱারীশিং অদু মথং মথং নিংশিংদুনা ইরকপদা ৱারী ২৫ ইবা লোইরে। ৱারীশিং অদুগী মনুংদগী ৱারী ১২ দি ফুঙ্গা ৱারী লাইরিক অসিদা য়াওরি।

অইবী

# ৱাহৈ খরদং

অমুক্তসু তাখিদ্রি অমুক্তসু য়াওখিদ্রি সাহিত্যগী তাইবংদা শ্রীমতি ঙাথেম নিংঙোল কোঙবম ওংবী ইবেয়াইমাগী মমিং। ঐনা ঙকখি কনানো নুপী অসিবো!

তাঞ্জা চাদুনা ইবেয়াইমানা ইবা **উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং** হায়বা ফুঙ্গা ৱারীগী মেনুস্ক্রিপ্ট অমা ঐবু পাউ হায়দুনা পীবীরকখি। খরা চিনবা মতম ওইদুনা ঐনা খুদক্তা লৌখত্তুনা পাখিদে। ফনা কুইনা ঐগী অচায়বা লাইরিক মরক্তা য়েপশিন্দুনা লৈরম্মী। অদুবু নোংমা ঐনা ফাক্লুবা মতমদদি অঙকপা ফুঙ্গা ৱারীগী কয়া চাউদবা লাইরিক মচা অমা ওইরম্মী।

কোঙবম ওংবী ইবেয়াইমা কৌবী চহি ৬৭ শুরবী য়ুমগী মচা মশু নাউকোন্দুনা লৈরিবী নুপী অমনা ইবা ওইরম্মী। ইবেয়াইমানা অসুন্না হায় — ৱারীশিং অসে মাগী অহল লমন অমদি মরু ওইনা মাগী মনেহল ঙাথেম নিংঙোল থিংঙুজম ওংবী ইবেতোনদগী চিঙ্থাং য়ৈনা তাহৌবা ৱারীনি। ইবেয়াইমানা মাগী থেঙলবা মতমদা নিংশিংদুনা ইবা ওইরমখি।

ইবেয়াইমানা ৱারীশিং অসিবু ষষ্ঠী ৱারী হায়না কৌজে। মরমদি মাগী মনেনা ষষ্ঠী শানা শানা লিখিবা ৱারীনি।

ঙসিদি তশেংনা খঙলে — মীওইবনা হেক মীকপ থোক্লকপদা য়েকখিবা লাই, খোৎখিবা ময়েক অমসুং নুংশিরবা ঈশৈ পুন্নমক অসিগী হৌরকফমদি ফোঙ্ককী ওইবা ফুঙ্গা ৱারী অসিনা ওইররে।

ঐনা ইবেয়াইমাগী লাইরিক মচা অসি পারগা ঐ পুমঙক ঙকখি। কয়াদি ফজনা মশাগী ইমাজিনেশন শিজিন্নদুনা ইথোরক্লি থায়নগী অহল লমনশিংনা থম্বীরম্বা ৱারীশিং। মসিগী মথক্তা ইবেয়াইমানা অমুক্তা হেন্না ৱারী লিবগী হৈশিংবগী মতৌ উত্তুনা থাজদনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল অমদি তন্নমলে।

ৱারীশিং অসে অয়াম্বদি ঐনা তাখিদ্রিবা অনৌবা, পুমনৌ নৌবা ৱারী ঙাক্তা ওইবনা ঐনা লাইরিক অসিগী মরমদা পাউদম্লীংখি। অসুম্না য়ুমগী নুপী ইবেয়াইমাগী পুন্সিদা লোত্তুনা অসিগুম্বা চাউরবা সাহিত্য অসিবু থম্লমগনি হায়বা ঐনা থাজরুদে।

অঙকপনি মণিপুর নঙোন্দা লোত্তুনা লৈরিবা লন ময়ামশে। অসিমতংদি ঐনা নিজরি মদুদি ইবেয়াইমানা মাগী ওইবা তোপ তোপ্পা লাইরিক কয়া খুদোল তম্বীরকখিগনি।

এম. কে. বিনোদিনী

তাং ১১/৬/২০০৪ ইং

য়াইস্কুল, পুলিস লেন্দ

# য়াওফম তাকপা



—

# উমাইবী



"ফরে ইতা, ঐ শাউররোই। অদুদি অঙাং অসি চানবা তৌরসি।"

থায়না মমাঙঙৈদা হিংচাবী অমা লৈরম্মী। হিংচাবী অসিনা খুঙ্গং অমদা মীরোনবী নুপী অমখক্তং নত্তনা অতৈদি লোইনমক তুম্না চাথোকখ্রে। হিংচাবী অসিনা মীরোনবী নুপী অদুদা হায়রম্মী, "নঙগা ঐগা ঈতা শান্নসি, অদুগা নঙনা নচা পোক্লবসু ঐনা ইচা পোক্লবসু ঐখোয় অনি চাথোকমিন্নসি" অসুম্না হায়নদুনা মখোয় অনী লৈমিন্নরে।

নুপী অসিদি নোংমা নোংমগী হৌখিবনা কুম-থা শুরক্লে। মতম খরা লৈরগা মশক মতৌ য়াম্না চংখোল্লবী মচা নুপী অমা পোক্লে। মচাদুবু পল্লগা নুপী অসিনা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা নঙ অসি ওত্থোক্লা নরাইবক থীখ্রেদকো, হয়েং নোংঙালখ্রগদি হিংচাবীনা শোয়দনা চাথোকখ্রগনি।" অসি হায়দুনা নুপী অসি মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্লুনা লৈরে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা বারীশিং

মতম অসিদা হিংচাবী অসিনা অঙাং কপ্পগী মখোল তারক্লে। হিংচাবী অসিনা খল্লি, "নুপী অসি ওহোক্লা মবুক ফত্তেদা, অঙাং পোক্লগা ঐঙোন্দা তাক্লক্তে" অসি খল্লদুনা নুপী অদুগী মনাক্তা লাক্লে। হিংচাবী অদুনা নুপী অদুদা হায়রকই," ঈতা নঙদি ওহোক্লা ফৎখিদ্রে, নচা ইচা পোকপদা তাক্লসি হায়রগা নঙদি তাক্লক্তে।"

নুপী অদুনা খুল্লকই, "ঈতা ঐসু তাক্লে তৌবনি, ঈতা লাকপনা হাল্লে শাউরনু"। হিংচাবী অদুনা হায়রকই, "ফরে ঈতা, ঐ শাউররোই, অদুদি হৌজিক অঙাং অসি চানবা তৌরসি"। হিংচাবীগী ৱাসি তাবদা নুপী অসিনা মমা মচা অনিগী মথৱায় হিংবা য়াব্রা য়েংগে খল্লদুনা হিংচাবী অদুদা হায়রকই, "ঈতা অঙাং অসি হিংনা চাববুদি থোংদুনা চাবনা হেন্না হাউগনি, অদুনা ঐখোয় অনি মী তাবা খুঙ্গং অমদগী থাউ খরা লৌরুসি।"

অসুম্না হায়নদুনা মখোয় অনি মী তাবা খুঙ্গং অমদা পরপ পবপ লাক্লে। মতম অসিদা মখোয়না লানগদবা তুরেল অমা ঈশিং চাউদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা নুপী অসিনা খল্লি, "তুরেল অসিদি ইমা ইচা লান্নবা হোৎনবদা ময়ায় য়ৌবদা শোয়দনা শিরগনি, অদুনা অঙাং অসি কৌবী শীংনাং মরক্তা শুমদুনা থল্লল্লগে" অসুম্না খল্লদুনা হিংচাবী অদুদা হায়রকই, "ঈতা অঙাং অসি পুদুনা তুরেল অসি লানবা ঙল্লোই। অঙাং অসি কৌবী শীংনাং মরক্তা শুমদুনা থল্লল্লসি।"

অসি হায়নদুনা নুপী অদুনা অঙাং অদু কৌবী শীংনাং মরক্তা শুল্লে, অদুগা মচাবু নাল্ল নাল্লদুনা কপ্পুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙ লৈহৌরো, তুরেল অসিনা চাউরম্বনা ইমানা নঙবু পুদুনা চৎপা ঙমদরে, নঙ ঐবু বারৌগনু, ইমানা পোকচবা অশেংবা ঈ ওইরবদি নঙবু কণ্যাগুম্বা অমনা য়োকপীদুনা নুংঙাইনা পানবা ওইয়ুকো।" অসি হায়দুনা মচাবু শুমদুনা থল্লল্লে। মখোয় অনি তুরেল অদু লাম্থোক্তুনা চৎখ্রে।

মতম অসিদা উমাইবী অমা অঙাং শুল্লিবা মফম অদুবাইদা পাইরক্লম্মী। উমাইবীনা পাইরকপগী শউম তাবদা অঙাং অদু মীকপ থোক্লক্তুনা কপ্লক্লে। মদুদা উমাইবী অদুনা কোযযেং-য়েংঙকপদা অঙাং অমা কৌবী শীংনাং মরক্তা তাদুনা কপ্পা উরে। উমাইবী অদুনা অঙাং অদুবু উবদা য়াম্না নুংশিরে, অঙাং অদুবু মচা শক্লা য়োক্লগে খন্দুনা পুদুনা চৎখ্রে। মদুদগী উমাইবী অদুনা অঙাং অদু চাউনবা য়োকখ্রে।



**উমাইবী অদুনা অঙাং অদুবু মচা শক্লা য়োক্লবা পুবিরক্লি।**

অসোমদনা হিংচাবী অদুগা নুপী অদুগনা মী তাবা খুঙ্গং অমা থিরকপদা খুঙ্গং অমা থেংনরে। খুঙ্গং অদুদি হিংচাবী অদুনা চঙবা ঙমদবা মফম ওইনা তৌরম্মী। অদুনা হিংচাবী অদুনা নুপী অদুদা হায়রকই, "ঈতা নঙনা খুঙ্গং অসিদগী থাউ লৌরুরো, ঐদি মফম অসিদা চঙবা য়াদে, ঐনা চঙলবদি শোয়দনা হাৎখ্রগনি, ঈতা লাক্ত্রীবা ফাওবা মফম অসিদা ঙাইদুনা লৈরমগে।" অসি হায়নদুনা নুপী অদুনা খুঙ্গং অদুদা থাউ লৈবা চৎখ্রে। হিংচাবী অদুনা থিরকপদ লোইদবা মফমদা লোৎখ্রে।

হিংচাবী অদুদি নুপী অদুবু ঙাইরি, ঙাইন-ঙাইন লৈরকপনা নুংঙাইৎ তাশিল্লক্লে। মানা খল্লি, "নুপী অদু শোয়দনা লোৎলম্লগনি, অসুক কুইবা মতম চঙবা হৌনিদে, অদুনদি শুমদুনা লৈহৌরিবা অঙাং অদু ওইনা চারুরগে।" অসি খল্লদুনা মানা অঙাং শুল্লম্বা মফম অদু তান্না লাক্লে অদুবু অঙাং অদুদি লৈরমদ্রে। হিংচাবী অদুনা মথন্তা হায়জরম্মী," ঐ অসি ওম্ভোক্লা পঙখ্রেদা, মমা মচা শুরিঙৈদা পুন্না চারমগদবনি।" অসি হায়দুনা তকশি শোন্দুনা ময়ুমদা নুংঙাইতনা হনখ্রে।

অমরোমদা উমাইবী অদুনা অঙাং অদুবু চাউনবা য়োক্লকপনা লৈশাবী ফারক্লে। মতম অদুদা উমাইবী অদুনা লৈশাবী অদুদা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙ ইয়োং ফি শানিংব্রা?" লৈশাবী

অদুনা খুম্নকই, "ইমা, শানিংঙি। মপোৎ মচৈদি অমত্তা লৈতনা"। উমাইবীনা হায়রকই, "ইচানবু শানিংলবদি ইমানা অমত্তা বাত্তনবা শীনগনি।" অসি হায়রম্লগা উমাইবী অদু পাইখ্রে। অদুগা মানা অমদগী অমা লাক অমদগী অমা লাক তৌদুনা মচানুপীবু ফি শাহল্লম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা নিংথৌ অমনা অঙম্বা অমগা লোয়নদুনা শা তানবা লাক্লম্মী। মখোয়না অসুম লাকপনা নুপীমচা অদুনা ফি শারিবা অদুগী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। নুমিৎসু থেঙজিল্লক্লম্মী, অদুগা থাপনা লাকপনা মখোয় অনি চাকসু য়াম্না লাম্লম্মী। মদুদা নিংথৌনা অঙম্বদা হায়রক্লম্মী," ইতাও, খুনু অসি মৈদা অমুক্তা লৌবিরু, ঐখোয় অনি চরা বাম্থোকসি।" অঙম্বনা খুম্নকই," ইনীংথৌ, মৈদি লৈতে কদাইদা লৌরুগনি?" অসুম্না খন্নরিঙৈদা খোংনাং মখোঙ অমদা মৈখু কাবা উরক্লম্মী। মদু উবদা নিংথৌনা মৈখু কাবা মফম অদুদা খুনু অদু লৌরুনবা হায়বদগী অঙম্বা অদু চৎখ্রে।

অঙম্বা অদুনা খোংনাং মখোং য়ৌরকপা মতমদা নুপীমচা অমা ফি শাদুনা লৈবা উরে। মী তাবা লম নত্তবনা অঙম্বা অদুনা নুপীমচা অদুবু মীরা, লাইরা হাযদুনা খল্লী। নুপীমচা অসি ওম্থোকুসু ফজখ্রেদা! হেক্তা মহংলগে হায়দুনা মানা হংলকই। "ইবেম্মা, নঙবু মীবা, লাইবা?" নুপীমচা অদুনা খুম্নকই, "হা তাদ, ঐদি মীসু নৎচদে, লাইসু নৎচদে, ইমা উমাইবীগী মচানি"। মদু তাবদা অঙম্বা অদু অমুক্কা হেন্না ঙকখ্রে।

ফরে খুনু অসিদদি মরৌরগে খন্দুনা অঙম্বা অদুনা নুপীমচাদুদা হায়রকই, "ইবেম্মা খুনু অসি অমুক্তা লৌবা য়াগদ্রা"। নুপীমচা অদুনা খুম্নকই," করিগী য়াদনি, তাদ।" অসুম হায়নদুনা অঙম্বা অদুনা খুনু অদু লৌবা হৌখ্রে।

মহাক্না খুনু লৌনা লৌনা নুপীমচা অদুগী চঙখোল্লবা মশক অদুসু য়েংলম্মী। মদুদা খুনু লৌরি হায়বসি কাউথোকখ্রে। খুনু অদু য়েংলুবা মতমদদি ইকা-কাদুনা লৈরম্লে। মদু উবদা অঙম্বা অদু ইকাই-ইকি খঙদবা মখৈ মখোল থোকনা কপ্লক্লে।

নুপীমচা অদুনা হায়রকই, "হা তাদ, কপ্লীরিবা অদুবু করি তৌরবগে?" অঙম্বনা খুম্নকই, "ইবেম্মা, খুনু অসি নিংথৌগী খুনুনি, ইবেম্মগী নশক নতৌ ফজবা অদু য়েংলিঙৈদা খুনু অসে কাথোকখ্রে, নিংথৌ হায়বা অসিদি হাৎকে তুপকে ঙম্বনি, মদুগীদমক ঐনা বাদুনা কপ্লীবনি।"


নুপীমচা অদু য়েংলিঙৈদা খুনু লৌরি হায়বসি কাউথোকপ্রে।

বা অসি তাবদা নুপীমচা অদুনা হায়রকই, "তাদ, অদুগী ওইরবদি বাবীরুগনু, ঐগী খুনু ময়াম অসিদগী অপাম্বা অমা হেক্তা লৌবিরো।" অসুম হায়নদুনা অঙম্বা অদুনা খুনু অমা লৌরগা নিংথৌগী মনাক তান্না চৎখ্রে।

অসোমদদি নিংথৌ অদু চাক লাম্মনখিবনা মবুক পায়দুনা খাঙলম্মী। শাউবনসু লোয়রে, অঙম্বা অদু হেক লাকপগা অঙাং ওনহল্লগে খল্লে। মতম অসিদা অঙম্বা অদু লাক্রে। নিংথৌদা ঐ লাকচরে হায়দুনা হায়রম্মী। শাউমনখিবনা নিংথৌ অদু খুল্লক্লে। মখা তানা অঙম্বা অদুনা হায়রকই," ইনিংথৌনা ঐবু ফুগে হায়রবসু ফুবীয়ু, হাৎকে হায়রবসু হাৎপীয়ু, ঐগী বা অসিদংদি হংগৎচগে।"

অসি হায়রদুনা অঙম্বা অদুনা নুপীমচা অদু থেংনরকপগী থৌদোক খুদিংমক অমত্তা চিৎথদনা নিংথৌদা তল্লে। বা অদু তাবদা নিংথৌ অসিনা খুল্লকই, "ইতাও, বাফম অদু অশেংবরা? শেংদবা ওইরল্লবদি ইতাও নঙ অঙাং ওনগনিকো"। অঙম্বনা খুল্লকই, " অশেংবনি, ইনিংথৌ"। অসুন্না হায়নরগা মখোয় অনি চরা বাল্লবা মতুংদা খোংনাং মখোঙ তন্না লাক্রে।

খোংনাং মখোঙদা থুংলবা মতমদা নুপীমচা অমা ফি শাদুনা লৈরম্বা অদু নিংথৌ অদুনা উরে। নুপীমচা অদুগী মশক মতৌ ফজবা অদু উবদা অঙম্বা অসিনা হায়বা খুদিংমক নিংথৌ অদুনা অচুম্বনি খল্লে, অদুনা মহাকপু ঐগী তালোই ওইদবা য়াদ্রে খন্দুনা নুপীমচা অদুগী মনাক তান্না চংশিল্লক্লে, অদুগা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙবু খোইয়ুম লাইরা, তাইবঙ মীরা?"

নুপীমচা অদুনা খুম্লকই, "তাদ, ঐদি খোইয়ুম লাইসু নৎচদে, তাইবঙ মীসু নৎচদে, ইমা উমাইবীগী মচানি।" নিংথৌ অদুনা মখা হায়রকই, "ইবেম্মা, ঐ অসি লৈপাক অসিগী নিংথৌনি, অদুনা ঐগী তালোই ওইদুনা নুংঙাইনা লৈমিন্নরুসি।"

বা অসি তাবদা নুপীমচা অসিনা খুম্লকই, 'ইনিংথৌনি হায়বা খঙজরুদ্রে, ঐবু বারৌবিগনু, হায়বিরিবদু ঐগীদি লাইবক ফবনি, অদুবু ইমা লাকপা ফাওবদংদি ঙাইবিখো।" অসুন্না হায়রকপদা নিংথৌনা কান্নররোই খন্দুনা অঙম্বদা ঈঙ্গীৎ তৌরম্মী।



মমা উমাইবীনা থিরকপদা খঙনবা হায়দুনা মহাক্না ইল্লিবা ফি অদু মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা লম্বীদা থাদরি।

মখোয় অনি চঙদুনা নুপীমচা অদু ফারগা কোনুং তান্না পুখিরম্মী। নুপীমচা অদুনা কপ কপ্তুনা মমানা থিরকপদা খঙনবা হায়দুনা মহাক্না ইল্লিবা ফি অদু মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা লম্বীদা থাদরম্মী। অসুম তৌদুনা নিংথৌনা নুপীমচা অদু কোনুং মনুংদা পুশিন্দুনা মহাক্কী তালোই ওইখ্রে।

## উমাইবী

অসোমদদি উমাইবী অদুনা মচাগী চানবা হায়দুনা অহাও-অথুম কয়া পুদুনা পাইরকপা মতমদদি মচানুপী অদু লৈরমদ্রে। মহাক্না কোইথি-থিরকপা মতমদা মচানুপী অদুনা ইনখিবা ফি অদুগী মচেৎ মচেৎ তাবা উরম্মী। ফিজেৎ অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা মহাক্না পাইরকপনা ফিজেৎ অদু কোনুংগী সনথোং ময়াদা লোইশিনখ্রে।

মচানুপী অদু নিংথৌনা ফারগা মহাক্কী তালোই ওইখিরব্বা তারে হায়দুনা উমাইবীনা খল্লম্মী। অশেংবা অমা খঙদবদগী ব্বাবনি, মহাক্কবু নুংঙাইজখ্রবদি ইমাগীদি লোইরে হায়রদুনা উমাইবী অদু কপ-কপ্তুনা হনখ্রে।

নুপীমচা অসিগা থারগা নিংথৌ অদুগী তালোই অহুম শুরে। তালোই অহানবা অমসুং অনিশুবদুদি মচা পোক্লমদে। তালোই অতোনবী অদুদি মীরোন্দুনা কুম থা শুরক্লে। নিংথৌনা খল্লকই, নুপীনা কুম থা শুরকপদা মপুরোইবনা করি চানীংবগে হায়না হংদ্রবদি পুং হায়বা নোরোক অদু তাই হায়নৈ। অদুবু তালোই অতোনবীনা কুম থা শুরক্লবা ফাওবদা করি চানিঙবগে হায়না ঐহাক্না হংদ্রি।

অসুন্না খল্লদুনা নিংথৌ অদু তালোই অতোনবীগী মনাক্তা লাক্লে, অদুগা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙবু করি চানীংবগে, চানীংবা অমত্তদি হায়যুদনা?" তালোই অতোনবীনা খুল্লকই, "ইনিংথৌ ঐ করি অমত্তা চাজনীংদে।" নিংথৌনা হায়রকই, "ফরে ইবেম্মা, নহাক্না চানীংদ্রবসু নঙগীদমক্তা চানবা শা অমত্তংদি ফারুখিগে।" অসী হায়রল্লগা নিংথৌ অদু মনাই মশলগা লোইননা শগোল থৌদুনা চৎখ্রে।

নিংথৌনা হেক চৎখিবগা তালোই অতোনবীদু মশা নুংঙাইরক্তে। অদুদগী মচেম অনিদা মহাক্না হায়রকই "ইচেম্মশিং, ঐগী ঈশা অসি য়াম্না নুংঙাইরক্তে।" মহাক্কী মব্বা তারবা মতুংদা মচেম অনি অদুনা মাইবী শাদুনা তালোই অতোনবী অদু মচানিপা অনি ফাইবোক পোক্লে।

মতম অসিদা তালোই য়াইমনা অহলদা হায়রকই, "ইনাওতোম্বীদি মচানুপা পোকখ্রবনিনা ইনিংথৌনা লুনা তৌবিখ্রগনি, ইচেমহলগা ঐগদি করিসু কান্নদরে।" ব্বা অসি তাবদা তালোই অহন্না খুল্লকই, "ইনাও য়াইমা, ঐখোয়না লাইবক থীবা হায়বদু ওইরেদনা, মহাক্না লাইবক ফবা হায়বদু ওইরে।"

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

তালোই য়াইমনা মখা তারকই, "কান্নদে ইচেমহল, ইনাওতোম্বীসি ঈরুজবীগে হায়দুনা শুমাং মতোন্দা পুথোকপিগ্রো, অদুগা ঐনা অঙাং অনি অদু কৌবী শীংনাং মরক্তা হন্দোক্লরগে।" অসুন্না মখোয় অনি শীন্নরবা মতুংদা তালোই অহন্না মনাওতোম্বীবু ইরুজনবা হায়দুনা শুমাং মতোন্দা পুথোকখরে।

তালোই য়াইমনা অঙাং অনি অদু মনীংথোংদা পুথোক্লুনা কৌবী শীংনাং মরক্তা হন্দোকখরে। অদুদগী অঙাং অনি অদুগী মহুত্তা লফু মতুপ অনি থন্নে। অদুগা মনাওতোম্বীদা হায়রকই, "ইবেম্মা, ইনিংথৌনা য়ৌরক্ত্রীবা মখেদি অঙাং অনিগী ফি অসি হাইদোক্লগনু।" তালোই অতোনবীনা খুমল্লকই, "ঐদি করিসু খংজদে, ইচেমশিংনা তৌ হায়বদু ঐনা তৌজগনি।"

অসোমদনা নিংথৌ অদু শা অমা ফারবা মতুংদা কোনুংলোমদা হল্লক্লম্মী। লম্বীদা মহাক্কী মখুৎ য়েৎ অমদি মমিৎ য়েৎ অদু ফ্রং ফ্রং চোংলক্লম্মী। তালোই অতোনবী অদুসু কুম থা শুহৌবনি, করি করম্বা থৌদোক থোক্লবনো খল্লদুনা নিংথৌ অদু থুনা কোনুং তম্না চংশিল্লক্লম্মী।

লম্বীদা নুপা অমনা মচানুপা অনি পোক্লে হায়দুনা নিংথৌদা পাউ তম্লম্মী। পাউ অদু তাবদগী নুংঙাইমনখ্রদুনা নিংথৌ অদু কোনুংলোমদা শগোল অদু হেন্না য়াঙনা থৌজিল্লক্লম্মী। কোনুং হেক য়ৌবগা মচা অনি অদু য়েংনিংমনখ্রদুনা তালোই অতোনবীগী মনাক্তা পরপ পরপ চঙশিল্লক্লম্মী, অদুগা হায়রকই, "ইবেম্মা ইচানুপা অনি পোক্লে হায়, কদাই য়েংগে ফি অমুক্তা হাইদোকউ"।

তালোই অতোনবীনা খুম্লকই, "ফগনি ইনিংথৌ ননাই হাইদোকচগে"। ফি হাইদোরকপা মতমদদি অঙাং অনি অদুগী মহুত্তা লফু মতুপ অনি ওইনা লৈরম্লে। তালোই অতোনবীদু মদু উবদা পুমঙক ঙকখ্রে।

নিংথৌদু শাউবনা লোইরে। অদুগা তালোই অতোনবীদা চৈরকই, "হায় ফত্রবী নুপী, হৌজিক লৈপাক্লা নিংথৌ ঐগী ইচা অনি পোক্লে হায়দুনা ৱা-ৱা লাউনরবা মতম অসিদা নঙনা ইচা নুপা অনি অদু চাথোক্লগা লফু মতুপ ওইনা থল্লীবনিনে, নঙ খঙগনি লৈপাক মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোইনগে।" অসি হায়রদুনা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই, "ইনাইশা, নুপী অসি হৌজিকমক মরু কোকথোকউ, শুনু য়াইঙং তৈশিল্লু, লৈপাক মীয়াম্না উনবা নিংথৌ ঐগী সনথোং ময়াদা য়াউ শেলহন্দুনা থম্মু"।



**"হায় ফত্রবী নুপী, হৌজিক লৈপাক্লা নিংথৌ ঐগী ইচা অনি পোক্লে হায়দুনা ৱা ৱা লাউনরবা মতম অসিদা ইচানুপা অনি অদু চাথোক্লগা লফু মতুপ ওইনা থল্লিবনিনে।"**

নিংথৌগী ৱা অসি তাবদা তালোই অতোনবী অদুদি পাম্বে লৈখিদরে, মঙলা হারা হায়দুনা অঙাওবীগুম লৈখ্রে। নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা তালোই অতোনবী অদু মরু কোকথোক্লুনা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লবা মতুংদা কোনুংগী সনথোংদা য়াউ শেলহন্দুনা থমখ্রে।

অশোমদনা উমাইবী অদুনা অসুম পাইরকপা মতমদা কৌবী শীংনাং মরক্তা অঙাং কপ্পগী মখোল তারক্লম্মী। মহাক্লা পাইথরকপা মতমদা অঙাং অনিখক কৌবী শীংনাং মরক্তা কপ্পুনা লৈবা উরে। অচম্বা উমাইবী নত্তবনা অঙাং অনি অদু মচানুপীনা পোকপা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বসি খঙলে।

মশু অনি অদু চাউনবা য়োক্লগে, চাউরক্লবা মতুংদা মমা মপা মশক খঙহল্লগে অসুম্না খল্লদুনা উমাইবী অদুনা অঙাং অনি অদু পুদুনা চৎখ্রে। মমা য়োক্লপগুম্না মশু অনি অদুসু য়োকখ্রে। অসুম অসুম য়োক্লকপনা পাখং মচা ফারক্লে।

অসুম্না মতম খর লৈরক্লবা মতুংদা নোংমা নিংথৌনা মথবায় য়াম্না নুংঙাইতনা ৱাখল তৌরম্মী। ইমিত্তা ইচা অমত্তসু উবা ফংদ্রবনিনা করিদি তৌরুগনি ঐহাক্লা। হয়েংমুক্কী মপোক্তা ইচা উবা ফংননবা নিংথৌ ঐহাক্কী কাংজেবুংদা নুপামচাশিং কাংজে শান্নহল্লগা অথোইবদুদা মনা চাউনা পীদুনা নুপামচাশিংবু হরাওহল্লগে।

অসুম্না খল্লবা মতুংদা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই "ইনাইশা, নিংথৌ ঐ অসি ইচাসু লৈত্রবনিনা নুংঙাইফম খঙদরে, অদুনা নুপামচাশিংবু কাংজেবুংদা কাংজে শান্নহল্লগা ঐ পোখাবা

য়াৱা য়েংগে। অথোইবা অদুদা মনা-মথুম চাউনা পীগনি। হয়েংমক শান্নহন্নবা লৈপাক খুদীংদা চত্তুনা শগোলনা পাউ চেল্লু।" নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নুপামচাশিং কাংজৈ শান্নবা শগোলনা পাউ চেনবা হৌরক্লে।

পাউ অসি উমাইবী অদুনসু তারক্লম্মী। হন্দক্কী মতাং অসিদা মপা মচা শক খঙনহন্দবা য়াদ্রে। অসুম্না খল্লদুনা মশুশিংদা পাউ অদু তন্নদুনা হায়রকই "ইশুশা, কাংজৈ শান্নবা হৈগদ্রা"? মশুশিংনা খুম্নকই, "ইবোক করিগী হৈতনি, অদুবু কাংজৈদি লৈতে।" অসুম্না হায়রকপদা উমাইবীনা খুম্নকই," কাংজৈ অদুবুদি ইবোক্না পীগনি।" অসি হায়রম্লগা উমাইবী অদু কাংজৈ থিবা চৎখ্রে।

মহাক্না অসুম্না কাংজৈ থিরকপদা নিংথৌ মচা অনিখক্কী ফজখ্রবা কাংজৈ অনিখক খে তৈদুনা লংত্রিক লংনা নুংশাদা ফৌবা থেংনরে। মশু অনিগী চপ চারনি হায়দুনা কাংজৈ অনিদু পুরগা লাক্লে। অদুদগী অমুক পাইখিদুনা নিংথৌ মচাশিংগী শেৎনবা হায়দুনা ফৌরম্বা খামেন চৎপা, রেশোন ফুরিৎ অমদি খুজি তাল পুম্নমকসু লাকউদুনা পুরক্লগা মশুশিংগীদমক শেৎন চানবা থৌরাং তৌবিরে।

নোংঙাক্লে, উমাইবী অদুনা মশুশিং অদুবু পীজ-পীথক তৌবিরে, অদুগা হায়রকই, "ইশুশা নখোয় অনি মুন্না তাও, নখোয় অনিবু পোকপা নপাদি লৈবাক অসিগী নিংথৌনি, নমানা নিংথৌগী সনাথোংদা য়াউশেন্দুনা লৈবনি। নপাবুংনা শা তানবা চৎখ্রিঙৈদা নমা অহলনা নমাবু ইরুজবিগনি হায়দুনা ইংখোল মতোন্দা পুখ্রিঙৈদা, নমা য়াইমনা নখোয় অনিবু কৌব্রী শীংনাং মরক্তা হুন্দোক্লম্বদগী ইবোক্না থেংনরক্তুনা পুরকপনি" অসুন্না ৱারী পুন্নমক লীথোক্লে।

উমাইবীনা মশুশিংদা মখা তানা হায়রকই, "ইশুশিংনা কাংজৈ শান্নবা মতমদা অসুম্না হায়য়ু। নয়াম্বনা থোম্বা মতমদা - ইনাওতোন হনত্রে নহাদে যাত্রাদে ইমা য়াউশেনবীগী মচাদি, ইবেন উমাইবীগী মশুদি হায়না হায়য়ু। ননাওনা থোম্বা মতমদসু -য়াম্বুং হনত্রে নহাদে যাত্রাদে ইমা য়াউশেনবীগী মচাদি, ইবেন উমাইবীগী মশুদি হায়দুনা থোম্মু। নপাবুং অদু মমিত্তা মচা উবা ফংদ্রে হায়দুনা মথরায় নুংঙাইতনা লৈরিবনি। মহাক্না নখোয় অনি কনানা পোকপগে হংলক্লবদা ইবোক্না হায়রীবা ৱারীসি লীয়ু, মদুদা মচানি হায়বা খঙলক্কনি।" অসুন্না তাকপীরবা মতুংদা উমাইবী অদুনা মশুশিংবু কাংজৈ শান্নফম তান্না থিনবিরক্লে।

## উমাইবী

অতৈ অঙাংশিংসু কাংজৈ শান্নবা য়াওননবা মফম অদুদা থুংলরে। কাংজৈ শান্নবা য়েংনবগীদমক মী মখল শুনা তিল্লরে। অদুদগী নিংথৌনা কাংজৈ হৌরো হায়রকপদগী কাংজৈ শান্নবা হৌখরে।

অঙাং অনি অদুনা মবোক্লা তাক্লকপা খুদিংমক ইন্দুনা কাংদ্রুম থোম্বা হৌখ্রে। কনা অমত্তনা মখোয় অনীদগী কাংদ্রুম মুনবা ঙমদ্রে। অসুম্না শান্নরকপনা কাংজৈগী মতম লোইখরে। মখোয় অনিনা কাংজৈসু থোইরে। অদুদগী হয়েং কাংজৈ শান্নবা অমুক হনগনি হায়বদগী মী পুন্নমক ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে।



**"ইনাওতোন হনত্রে, নহাদে যাত্রাদে, ইমা য়াওশেনবীগী মচাদি ইবেন উমাইবীগী মশুদি"**

অঙাং অনিদুসু মবোক্লা উন্নদুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মতম অদুদা মবোক্লা মশুশিংদা হংলকই, "ইশুশা, নিংথৌনা নখোয় অনিদা করি অমত্তা হংলক্তবরা? অঙাং অনিদুনা খুল্লকই "ইবোক করিমত্তা হংলক্তে"। মবোক্লা মখা অমুক তারকই, "ফরে ইবুংঙো, হয়েংদি খরা থেঙনা চৎসি। নখোয়না হয়েং শান্নবদসু ঙসি শান্নরিবা অদুগুম্না শান্নগদবনি" অসুম্না তাকপীরবা মতুংদা উমাইবীনা মশুশিংবু পীজ-পীথক তৌরবা মতুংদা নুংঙাইনা পোখাহনখ্রে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

অসোমদদি নিংথৌ অদু মাগী নুংঙাইতবা কোক্কদ্রা হায়রগা কাংজৈ য়েংলুবদগী অঙাং অনীদুগী মতৌ উরুবদা হেন্নদুম অৱাবা ওইখ্রে। করম্বা নিংথৌগী মচা ওইরিগবা, ওহ্নোক্রুসু নুংশিখ্রেদা হায়দুনা নিংথৌনা খন্দুনা লৈখ্রে। অঙাং অনিদুনা শান্নবদা হায়রকইবা ৱাঙাংশিংদু তাবদা নিংথৌ অদু কোক্তগী খোঙ ফাওবা তু চুংখরে। অঙাং অনিদুগী মরমদা করিমত্তা হংহৌদেদা হায়দুনা নুংঙাইতনা নুমীত্তুমা ৱানা লেনখ্রে। অমুক কাংজৈ শান্নবগী মতম ঙাইবদা ৱানা ঙাইরে।

কাংজৈ শান্নবগী মতম অমুক য়ৌরক্লে। নিংথৌদি অঙাং অনিদুবু লাকপ্রা হায়দুনা য়েংদুনা লৈখ্রে। লাকমন্দ্রবদা নিংথৌদি লাক্লরোইদরা হায়দুনা নুংশা থীরে। মতম অসিদা কাংজৈবুংদদি মী য়ান্না তিল্লক্লে, নুমিৎসু থেংজিল্লক্লে। অদু ফাওবা নিংথৌ অদুনা কাংজৈ হৌরো হায়রক্তবদুদদি তিল্লিবা মীয়াম অদুনা ঙরং ঙরং ঙাংনরক্লে।

মতাং চানা উমাইবীনা অঙাং অনিদুবু কাংজৈবুং তান্না থিনবিরক্লে। অঙাং অনি লাকপা উবদা নিংথৌনা কাংজৈ হৌরো হায়না লাউরক্লে। ঙাইহাক শান্নরগা নিংথৌনা কাংজৈ তোক্লো হায়রক্লে। য়েংলিবা মীয়ামশিংদুদি নিংথৌনা তৌরিবা মওং অদু পেন্নদ্রে।

মতম অসিদা নিংথৌনা অঙাং অনিদু পুশিল্লকবা হায়রকপদগী মনাইশিংনা পুশিল্লক্লে। নিংথৌনা অঙাং অনিদুদা হংলকই, "ইবুংঙো নখোই অনিবু অচম্বা অঙাংসু মানদে। করম্বা নিংথৌগী মচানো?" নিংথৌগী ৱা তাবদা অঙাং অনিদুনা খুল্লকই, "ইনিংথৌ, ননাই ঐখোয় ইপা মশক খংজদে, ইমা মশক খংজদে, ইমা পোকপী ইবোক্লা য়োক্তুনা চাউরকপনি। ইবোক্লা তাকপীবদি অসুন্না তাকপী - ঐখোয়বু পোকপা ইপাদি লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। ইমাদি কোনুংগী শনথোংদা য়াউ শেন্দুনা লৈ।"

অসুন্না মখোয় অনিবু মমা অহল অমসুং মমা য়াইমাগা অনিনা লৌতুনরগা হন্দোক্লকপগী ৱারী পুন্নমকসু অঙাং অনি অদুনা খুরু খুদক কুন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা নিংথৌদা লীরম্মী। নিংথৌদি অঙাং অনিনা লিরকপা ৱারী পুন্নমক তাবদগী মচাশিংনি হায়বা খঙলক্লে।

মচা অনি অদুবু কোল্লদুনা থম্মোয় শোক্লা নোং খোংবগুম কপ্পগা হায়রক্লে, "ইপাগী ইবুংঙো, নখোয় অনি লৈতবদগী ঙসি ফাওবা ইপাদি নুংঙাইফম খঙদনা লৈরি। নখোয় অনিবু পোকপী লাঞ্জদ্রবী নমা অদুবুসু নখোয় অনিগী মরমদগী ইপানা চৈরাক পীদুনা থম্লীবনি, পুন্নমক



"ইপাগী ইবুংঙো, মখোয় অনি লৈতবদগী ওসি ফাওবা ইপাদি নুংঙাইফম খঙদনা লৈরি"

অসিগী মরালদি নমা অহল অমসুং য়াইমনা ফংগদবনি।" অসি হায়রদুনা নিংথৌনা লাঞ্জব্রবী লৈমতোন অদু লৌরুনবা অমদি মচানুপা অনিসু লাক্লে হায়রুনবা মনাইশিংদা য়াথং পীখরে। মনাইশিংনসু লৈমতোন লৌবা চৎখরে।

লৈমতোন অদুসু মচা অনি কায়নবগী মৈচাক্লা মতোমতা রাখল তৌদুনা কপ্পুনদা মপুক্সী লেল্লক্লম্মী। মচা অনিদুনা করম তৌখ্রবা হৌজিক লৈজরবদি কাংজে শান্নবা অসিদা য়াওজরমগদবনি, মগুলা তাইবংলা তৌরিবসিবো হায়দুনা কপ্পুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা মনাইশিংদু য়ৌরক্লম্মী অদুগা লৈমতোন্দা হায়রকই, 'ইবেম্মা লাঞ্জদবী নচা ইবুংঙো অনিদু লাক্লে"।

লৈমতোন্না খুম্লকই, "হা তাদ, ইনাকখুনবা নোক্লবদি চুরুংদবনি লায়রবা নোক্লবদি চুরুংবনি, নোক্লবীগনু।" রাদু তাবদা মনাইশিংদুনা অমুক হায়রকই, "নোক্লবা নত্তে ইবেম্মা অচুম্বনি, ঐখোয় ইবেম্মবু লৌবা লাক্লীবনি।" অসুন্না থাজহল্লবা মতুংদা লৈমতোন অদু নিংথৌগী মনাক্তা মনাইশিংনা পুরক্লে।

নিংথৌনা লৈমতোনবু উবদা থৱায় নুংঙাইতনা হায়রকই, "লৈমতোন লাঞ্জম্রবী নত্ত্বু, নিংথৌ ঐনা ঈচা অনীগী মরমগী ঈ নৌরিঙৈদা য়াউ শেলহল্লু হায়দুনা কোনুংগী সনথোঙ্গা চৈরাক পীখিবনি। নঙ ঐবু ৱারৌগনু। পুন্নমক্কী মরালদি নচেম অনীনা থোকহনবা ঙাক্তনি। লাউ হৌজিক্তী ৱারুগনু। নঙ ঐগী অৱাবা কোকপীরগে হায়দুনা তাইবং মপুনা ইচা নুপা অনী অদু পীবিরক্লে।"

মতম অসিদা লৈমতোন্না মচা অনী অদু হেক উবগা চেনশিল্লক্তুনা চেৎনা কোল্লদুনা কপ্পগা হায়রকই, "ইবুংঙো নখোয় অনি কনানা য়োক্লগা চাউরকপনো?" অঙাং অনিদুনা খুম্লকই, "ইমা, ইবোক উমাইবীনা য়োক্তুনা চাউরকপনি।"

ৱাহৈ অদু তাবদা লৈমতোন অদু অমুক্কা হেন্না কপখ্রে। কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ইবুংঙো মতম কুইনা উবা ফংখিদ্রবা নবোক অদু লৈরিবরা, ঐবু চাউনবা য়োক্লকপদসু য়াম্না ৱারক্লবনি, অদুগা নখোয় অনীবুসু অমুক য়োকপীরক্লি, কদাইদা লৈহৌই অমুক্তা উন্নগে।" মমাগী ৱাদু তাবদা অঙাং অনিদুনা মবোকপু কৌরকই।



'লৈহৌরো নমা নচা নখোয়, নুংঙাইনা পাল্লু ইমাদি চৎলগে।'

## উমাইবী

মতম অদুদা উমাইবী অদুদি তৌরিবা থৌদোক খুদীংমক চীৎথদনা য়েংদুনা লৈরম্মী। মশুশিংনা কৌরকপা অদুদা উমাইবীনা মখোয়গী মমাণ্ডদা পাইথরক্লে। লৈমতোন্না মমা উমাইবী অদু উবদা চেনশিন্দুনা মখোঙ কোন্দুনা কপখিরম্মী অদুগা হায়রকই, "ইমা, ইমানা ঐবু য়োকপীরক্লে, নশু অনি অসিসু ইমানা য়োক্তুনা চাউহল্লক্লে। হৌজিক্তী নশু-নবেন, ইমা-ইচা পুন্না কোনুংসিদা লৈমিন্নরসি, ইমাগী লমল অমুক ঐখোয়না শিংজগে।"

ৱা অদু তাবদা উমাইবীনা খুন্নকই, "ইবেম্মা, নমা-নচা নখোয় পুন্না করম্বা মতমদা উন্নগদগে হায়দুনা ৱারম্বনি, হৌজিক্তী ইমাসু নুংঙাইরে, ইমাদি কোনুংদা লৈথোকপা য়াদে। তাইবংপান অসিগী অৱা অনা পুন্নমক ইমানা কোইপাই পাইদুনা য়েংলিবনি, লৈহৌরো নমা-নচা নখোয়, নুংঙাইনা পাল্লু ইমাদি চৎলগে।" অসি হায়রল্লগা উমাইবী অদু পাইখ্রে।

অমরোমদা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই, "লৈমহল অমসুং লৈময়াইমা অনি অদু মখোয়না তৌরম্বগী হায়রুরবদি অঙাং ওলহনবা য়াবনি, অদুবু মদুমক্তী তৌনিংদরে। মখোয় অনি মরু কোকথোক্লগা লৈমতোন্না শেন্নরম্বা য়াউশিং অদু শেলহল্লু।" নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয় অনিদা মনাইশিংনা হায়রিবা থবকশিং অদু তৌহনখ্রে। অসুম তৌদুনা লাঞ্জদ্রবা লৈমতোন্না নিংথৌনে মচাশিংনে পুল্লগা কোনুংদা নুংঙাইনা পানখ্রে।

---

# হনুবীগী মশু অতোনবা



**হনুবী মশুশিং অদুদা মহৈ মশিং য়াম্না হৈবা ওজা অমনা তাকপিরি।**

থাইনা মমাঙঙৈদা হনুবী অমগী মশু খরা লৈরম্মী। হনুবী অসিনা মশুশিং অসিবু মহৈ মশীং য়াম্না হৈবা ওঝা অমদা মহৈ মশীং তমহল্লম্মী। হনুবী অসিগী মশুশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ইতোন তোনবা অদুদি হৈশিংবা অমসুং য়াম্না হোৎনবা কনবা অঙাং অমা ওইরম্মী।

ময়াম্বশিংনা কোয়থোকপা মতমদা মনাওনিপাদুদি খক য়াওরমদে। মতম চুপ্পদা মাগী ওঝাগী করম করম্বা খঙবা য়াবা মহৈ লৈবগে হায়দুনা কন্না থিজিল্লম্মী। অসুম তৌদুনা নুমিৎ খুদীংগী ওঝাগী লাইরিক লাইশু পুম্নমক পাবা য়াবা পাদুনা, হোৎপা য়াবা হোত্তুনা লাকপনা ওঝাদগী ফাওবা মনাওনিপাদুনা মহৈ মশিং হৈবা হেনগৎলক্লে। মদুদগী মহাক্না মবোক্কী মতেং পাংনবা শেল তানবা হৌরগে খল্লে।

নোংমা মহাক্না মবোক্কী মনাক্তা লাক্তুনা মবোক্তা হায়রম্মী, "ইবোক, ঐ ইবোক্কী মতেং পাংবা ঙম্লগনি, ঐনা হোৎনজবগী মহে ফংলগনি, ঐবু ওঝাগী মনাক্তগী খরা লৌবীররো"। মশু অতোনবগী ৱা তাবদা হনুবী অদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো নহাক্কী ওঝানদি নংবু লুনা তৌরি, য়াগদবসু মান্দে। ঐনা করম্না নঙবু পীয়ু হায়গদগে?"

মবোক্কী ৱা তাবদা অতোনবদুনা খুম্লকই, "ইবোক্না অসুম্না হায়বিয়ু-ইবুংঙো ইমাদি শোম্লক্রে, করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্লক্ত্রে। অদুনা নচাশিং অসিগী মরক্তগী অমদি ইমাগা লৈমিন্নরগে। মদুদা ওঝানা ইয়াম্বশিংগী মরক্তগী অমা পুখো হায়রক্লবদি মখোয়দি য়াম্না পঙই, খরা মীৎশিং নাশিংবা অতোনবা ওইনা পীবিয়ু হায়না হায়বীয়ু।" অসুম্না হায়রম্লগা মহাক অমুক ওঝাগী মনাক্তা চৎখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা হনুবী অদু ওঝাদুগী মনাক্তা লাক্লে, অদুগা হায়রম্মী, "ওঝা ঐ য়াম্না শোম্লক্রে, ঐগা লৈমিন্ননবা অঙাং অমত্তা পীবিয়ু"। ওঝা অদুনা খুম্লক্লম্মী, "ময়াম্বশিং অদুগী মরক্তগী অপাম্বা অমা পুবীখো"। মদুদা হনুবীনা হায়জরম্মী, "ইবুংঙোনা পীরবদি খরা-মীৎশিং-



ওজা অদুনা মশুনুপা অতোনবা অদু হনুবী অদুদা পীনিংদ পীনিংদো পীথোরক্রে।

নাশিংবা অতোনবা অদু পীবিয়ু"। ওঝা অদুনা অমুক খুন্নরক্লম্মী, "ইমা, অতোনবা অদুদি ঐঙোন্দসু য়াম্না কান্নে। ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা য়ুমদা লৈহৌরবসু, লমদবু চৎলবসু মাদি ইঙম-ঙম্মী। মরম অসিনা ময়াম্বশিং অসিগী মরক্তগী অপাম্বা অমা পুবিখো।"

হনুবী অদুনা অমুক হন্না হায়জরম্মী "ইবুংঙো, ইমানা নিজরিবা অসিনি, ময়াম্বশিং অদুদি য়াম্না পঙঙি, ইমানা শোঞ্জীললক্লবনিনা য়াম্না ৱারগনি, ইশু অতোনবা অসি ওইনা পীবিয়ু"। হনুবী অদুনা ময়াম্বশিং অদুগী মরক্তগী অমা লৌ হায়বা ইয়ামক য়াদ্রবদুদা ওঝা অদুনা মশুনুপা অতোনবা অদু পীনিংদ-পিনিংদ পীথোরক্লম্মী। অদুদগী মশু মবেন লোইনদুনা ময়ুমদা লাক্লম্মী।

ময়ুম হেক য়ৌবগা অতোনবদুনা মবোক্তা কোনুংগী ঈ-পাও খরা তাবিরুচো হায়রক্লম্মী। অদুদগী মবোক অদু ঈ-পাও তারুনবা কোনুংদা চৎখিরম্মী। হনুবী অদুনা কোনুং হেক য়ৌবদা পাউ অমা তারে, মদুদি "হয়েংগী নুমিত্তা নিংথৌগা মনাও ইবুংঙোগা খুনু তুনগনি, নিংথৌগী খুনুদি লৈরে, মনাও ইবুংঙোগী খুনুদি লৈহৌদ্রি"। মবোক অদুনা পাউ অদু মশু নুপাদা তম্মুরে। মদুদা মশু অদুনা হায়রক্লম্মী, "ফরে ইবোক, অদুদি হয়েং অসি চাক ঙন্তা চারগা ঐ খুনু ওল্লগে, অদুগা ইশু-ইবেন কোনুংদা চৎলসি। মখোয়না খুনু পোন লৈরগে হায়রক্লগদি পীথোকপীখিনু।"



হনুবী অদুনা লৌনিংবা মমলদা লৌদুনা মনাও ইবুংঙোদা খুনু অদু য়োল্লি।

## হনুবীগী মশু অতোনবা

অসুন্না হায়নরবা মতুংদগী নোং ঙাল্লক্লে। মশু মবেন চাক চারবা মতুংদা মশু অতোনবা অদু খুনু ওল্লে, অদুগা মখোয় অনি কোনুংদা লাক্লম্মী। মতম অদুদা মনাও ইবুংঙোনা খুনু থিরকপা মতমদা লম্বীদা ফজরবা খুনু অমা হনুবী অমনা পুদুনা চৎপদু থেংনরুরে। মনাও ইবুংঙো অদুনা খুনু অদু লৈহৌরগে হায়রকপদগী হনুবী অদুনা লৌনিংবা মমলদা লৌহৌদুনা খুনু অদু য়োনখরে। অদুগা হনুবী অদুনা খুনু পোন অদুদি পীবিরম্মু হায়দুনা লৌহৌরে। মদুদগী হনুবী অদুনা ময়ুমদা পরপ পরপ লাক্তুনা মশুনা লাক্লগা চানবা চাক ঈনশাং থৌরাং তৌদুনা লৈখ্রে।

অসোমদনা নিংথৌগী খুনুগা মনাও ইবুংঙোগী খুনুগা তুনবা মতমদা মনাও ইবুংঙোগী খুনুনা ঙমখরে। মচিন-মনাওনা থানখিবা শেল কয়া মনাওইবুংঙোনা ফংলদুনা ময়ুমদা মথব্রায় নুংঙাইনা খুনু অদু পুরগা হল্লক্লম্মী। অদুদগী মহাক্লা খুনু অদু মকোন্দা থম্লম্লগা য়ুম মনুংদা পোখাবা চঙখিরম্মী। মনাও ইবুংঙোনা হেক চঙখিবগা খুনু অদুদি মী ওন্দুনা ময়ুমদা হরাওনা হল্লক্লম্মী। অদুদগী মশু মবেন চাক-ঈশিং চা-থক্লবা মতুংদা অহিংদু নুংঙাইনা লেল্লে।

নোং ঙাল্লক্লে। মশুনুপা অতোনবা অদুনা অমুক মবোক্তা হায়রকই, "ইবোক কোনুংগী ঈ-পাও অমুক তাবীরুচো"। অসুন্না হায়রকপদগী হনুবী অদু কোনুংদা ঈ-পাও তাবা অমুক চৎখ্রে। মহাক্লা কোনুং হেক য়ৌবদা পাও অমা অমুক তারে। মদুদি — "হয়েংগী নুমিত্তা নিংথৌগী হুয়গা মনাও ইবুংঙোগী হুয়গা চিক্লগনি অদুবু নিংথৌগী হুয়দি লৈরে, মনাও ইবুংঙোগী হুয়দি লৈহৌদ্রি"। পাউ অদু মবোক্লা মশুনুপা অদুদা তল্লে।

মশুনুপাদুনা মবোক্তা হয়েং হুয় অমুক ওল্লগা কোনুংদা চৎলসি, মখোয়না লৈখিবা মতমদা হুয়গং অদুদি পীথোকপীখীনু, অসুন্না হায়নদুনা মশু মবেন নোংঙানবা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

নোংঙাল্লক্লবদা চাক ঈশিং চা-থক্লবা মতুংদা মশুনুপা অদুনা হুয় ওল্লদুনা মশু মবেন কোনুংলোমদা লাক্লে। মতম অদুদা মনাও ইবুংঙো অদুসু হুয় লৈতবদগী মথব্রায় ব্রানা হুয় থিবা থোরক্লম্মী। মহাক্লা লম্বীদা হনুবী অমনা ফজরবা হুয় অমা পুদুনা চৎপা থেংনরে। হনুবী অসিনা পুরকখিবা খুনু অদুসু য়াম্না ফখি, হুয় অসিসু ফরমগনি, মহাক্কী অব্রাবসি উবীবদগী তাইবং মপুনা থাবিরকপনি হায়না মনাও ইবুংঙোনা খল্লে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুগ্না বারীশিং

মনাও ইবুংঙোনা হুয় অদু হনুবীদগী লৈহৌরগে হায়বদা হনুবী অদুনা য়ারে। হনুবী অদুনা হুয় অদুগী চপ চাবা মমল লৌহৌরগা হুয়গং অদুদি পীখিদরে অমসুং ময়ুমদা পরপ পরপ লাক্কুনা মশুনুপানা হল্লক্লগা চাননবা চাক ঈশিং থৌরাং তৌদুনা থমখ্রে।

অসোমদনা নিংথৌগী হুয়গা মনাও ইবুংঙোগী হুয়গা মরল মথুম থানদুনা চিক্লহল্লে। হন্দক্কী চীক্লবা অসিদসু মনাও ইবুংঙোগী হুয়না ঙম্লে। নিংথৌ অদু মথবায় নুংঙাইতনা লৈখরে। মনাও ইবুংঙো অদুদি মচিন-মনাও থানবদা ফংলকপা মরল-মথুম পুরদুনা হুয় অদুগা ময়ুমদা লাক্লে। অদুদগী হুয় অদু মাগী মকোন্দা থম্লম্লবা মতুংদা ইমুংদা চঙখরে। হেক চঙখিবগা হুয় অদুদি মী অমুক ওন্থোক্লগা ময়ুমদা মথবায় নুংঙাইনা হল্লক্লে। মশু মবেন নুংঙাইনা পোত্থামীন্নরে।

মশুনুপা অদুনা মবোক্তা অমুক হন্না কোনুংদা চত্তুনা অতোপ্পা করি পাউ লৈবগে তাবীরকউ হায়রক্লে। মশুগী বা তারবা মতুংদা হনুবী অদু কোনুংদা করি পাউ লৈবগে খঙদোক্লবা অমুক হন্না লাক্লে। কোনুং য়ৌবগা হনুবী অদুনা অতোপ্পা পাউ অমমুক তারে। মদুদি — "হয়েংগী নুমিত্তা নিংথৌগী শগোলগা মনাও ইবুংঙোগী শগোলগা লমজেন তান্নহন্দুনা মরল মথুম য়ান্না থানগনি।" পাউ অদু মবোক্লা মশুনুপাদা তল্লে।

মশুনুপানা মবোক্তা হয়েং শগোল অমুক ওন্দুনা কোনুংলোমদা চৎসি, মখোয়না লৈখিবা মতমদা চুপ্পীদুদি পীথোকপীখিনু হায়রক্লে। অসুম্না হায়নদুনা মশু মবেন নোংঙানবা ঙাইখ্রে। অদুদগী নোংঙাল্লদুনা চাক ঈশিং চা-থক্লবা মতুংদা অতোনবদুনা শগোল ওল্লদুনা মশু মবেন কোনুংদা লাক্লে।

অসুম্না তৌরিবা মতৌ অদু অতোনবগী ওঝা অদুনা খঙলক্লে। অতোনবা অঙাং হায়বসিদি অরায়বা অঙাং নত্তে, মহাক্লা মহে পুম্নমক হৈখ্রগা অসুম্না নুংঙাইনা মরল-মথুম তানশিনবা অসিদি থুগাইদবা য়াদ্রে হায়দুনা ওঝা অদুনা খল্লে। অসি খল্লদুনা মশু মবেন্না লাক্কদবা লম্বী অদুদা মশক খঙহন্দনা ওঝা অদুনা ঙাইদুনা লৈখরে।

অদুদগী ওঝা অদুগা শগোল পুদুনা লাক্লিবী হনুবী অদুগা থেংনরে। মতম অদুদা ওঝা অদুনা শগোল অদু লৈহৌরগে হায়দুনা হনুবী অদুদা হায়রক্লে। হনুবী অদুনদি অতোনবগী ওঝানি হায়বসি খঙদবনা শগোল অদু ওঝা অদুনা লৈবদা য়াখরে। অদুবু শগোলগী চুপ্পী অদুদংদি থম্বীরম্মু হায়দুনা হনুবী অদুনা ওঝা অদুদা হায়রক্লে।

ওঝা অদুনা শাউনা হায়রকই, "করিনো হনুবী, খুনু য়োল্লবদি খুনু পোন পীগদবনি, হুয় য়োল্লবদি হুয়গং পীগদবনি, শগোল য়োল্লগনা শগোল চুপ্পী পীগদবনি"। অসুন্না হায়রন্নগা শগোল চুপ্পী পীরমদনা ওঝা অদুনা শগোল অদু য়াওনা থৌরগা চৎখ্রে। হনুবী অদুদি পাম্বৈ লৈতদুনা ময়ুমদা মথবায় নুংঙাইতনা হনখ্রে।



"করিনো হনুবী, শগোল য়োল্লগনা শগোল চুপ্পী পীগদবনি"

অসোমদনা শগোল অদু ওঝা অদুনা ফু-ফুদুনা হঙ্গৎ হন্দা পংথৌদা থৌরম্মী। মানা অসুম থৌরকপসিদা শগোল অদু য়াম্না ৱারে, য়াম্নসু চোকথরে। ফন য়াম্না থৌদুনা শগোল অদু ওঝা অদুনা লাক্লরে।

ওঝা অদুনা শগোল অদু ঈশিং খরদি পীথক্কে খল্লদুনা খোংবান অমদা ঈশিং পীথক্লে। অদুবু ঈশিং থক্লা থক্লা শগোল অদুনা ঙখা ওন্দুনা খোংবান মনুংদা চঙখ্রে। ওঝা অদুনা "হেরা লাকচৈদা" হায়দুনা ঙখা অদু ফানবা হায়দুনা খোংবান অদু ইশিৎপা হৌরক্লে। কংগদবা খজিক্তং ঙায়রক্লবা মতমদা ঙখা অদু অমুক উচেক ওন্দুনা পাইথোকখ্রে।

ওঝা অদুসু "হেরা ওম্ভোক্লা লাকচখ্রেদা" হায়দুনা খুনু খরং ওন্দুনা উচেক অদু তান্নরক্লে। ফংগদবা খজিক্তং ঙায়রবা মতমদা উচেক অদুনা শুমাংদা নুংশা য়াইদুনা লৈরিবা নিংথৌগী মচানুপী অমগী মমাংদা সনাগী লীক পরেং ওল্লদুনা পোপ লাউনা তাররে। মদু উবদা নিংথৌ মচানুপী অদুনা খুনগৎখ্রে।



**"লীক অসি উচেক অসিনা চেল্লকপা তারে। মপুনা থিরক্লগা পীরগে।"**

খুনু খরং অদুনা উপাই লৈত্রদুনা মনাক অদুদা উশা অমদা তোংদুনা য়েংদুনা লৈরে। মতম অদুদা নিংথৌ মচানুপী অদুনা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলকপদা খুনু খরং অদু নত্তনা কনা অমত্তা উবা ফংদ্রে। লীক অসি উচেক অসিনা চেল্লকপা তারে, মপুনা থিরক্লগা পীরগে হায়দুনা নিংথৌ মচানুপীদুনা থমজীনখরে।

খুনু খরং অদুনা মদু উবদগী চাকনিবা অমা অমুক শারদুনা নিংথৌ মচানুপীগী মনাক্তা লাক্লে। নিংথৌ মচানুপীদুনা চাকনিবা অমা লাক্লিবদু উবদগী অৱৈবা খর হাপকে হায়দুনা তৌরকপা মতমদা চাকনিবা অদুনা হায়রকই, "ঐদি অদুগুম্বদু করিসু পামজদে, ইবেম্মগী মনাক্তা অপাম্বা পোৎ অমা লৈরে খঙবদগী মদু নিজবা লাকচবনি। পীবা ঙম্বীগনি হায়রবদি অমুক্তা ৱাশকপীয়ু"।

অরৈবা পোৎ ওইরবদি শোয়দনা পীজগনি হায়দুনা নিংথৌ মচানুপীদুনসু ৱাশকখ্রে। চাকনিবা অদুনা হায়রকই, "উচেক অমনা ঐগী লীক পরেং অমা চেনখ্রে, মদু ইবেম্মগী মাঙদা থাদখিদুনা ইবেম্মনা লৌশিনবিখরে, মদু খরা পীবীয়ু"। অসুম্না হায়রকপদা নিংথৌ মচানুপীদুনা পীজগে হায়রদুনা লীক অদু লৌথোকপা লাক্লে।

মতম অদুদা মানা লীক অদু হেক পায়গে হায়দুনা তৌরকপদা লীক অদুসু ৱা ঙাংলক্লে, "ইবেম্মা লীক অদু চাকনিবদা পীবা মতমদা মরু মরিখক খাকপীহৌ, অদুগা পীবা মতমদা শে লৌজরো হায়দুনা ইমুংদগী লাক্কুনা লংথোকপীখো।"

ৱা অসি তাবদা নিংথৌ মচানুপী অদুদি ইঙক ঙকখ্রে। লীক অসিদি মওং অমনিনা, মানা হায়রিবসি তৌবিরগে, অসুম্না খল্লদুনা নিংথৌ মচানুপী অদুনা মরু মরিখক খাকহৌরগা ইমুংদগী সে লৌজরো হায়দুনা লীক অদু লংথোরক্লে।

লীক অদুদি চাকনিবগী মমাঙদা চগেম ওল্লদুনা ইচাই চাইনা তারে। চাকনিবদুসু খুনু অমুক ওন্দুনা চগেম অদু পাক পাক খুন্দুনা চাবা হৌরক্লে। মতম অদুদা ইমুংদা লৈহৌরিবা লীক মরু মরি অদুনা হৌদোং মরি ওল্লদুনা খুনু অদুবু লাক্লে হায়দুনা চেনথোরক্লে।



ওজা অদুনা ঙস্নরোই খল্লদুনা খুনুদগী মাগী হাম্নগী ওজা অদু ওল্লক্লে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা রারীশিং

মদু উবদা ওঝা অদুনা ঙম্মরোই খল্লদুনা মাগী হান্নগী ওঝা অদু ওল্লক্লে। অদুগা হায়রকই, "অতোম্বা, তোক্লসি। নহাক্লা হোৎনজবগী মপান্না ঐঙোন্দগী হৈবা হেন্দুনা ঐবু মায়থীবা পীরে, অদুনা ঐ পেল্লে। হৌজিক্তী নহাক্লা হৈরিবা মহে অদুদগী শরুক চাম্মা হেন্দুনা নুংঙাইনা পাল্লো।"



"হৌজিক্তি নহাক্লা হৈরীবা মহে অদুদগী শরুক চাম্ম হেন্দুনা নুংঙাইনা পাল্লো"

অতোনবা অদুনসু "ওঝানা ঐহাকপু মতিক চানবা পুন্নমক শেম্বীবনি" হায়দুনা মহাক্কী ওঝা অদুবু খুরুমজরে।

অদুদগী অতোনবা অদু ওঝাগী থৌজাল ফংলদুনা মাগী হান্নগী মহে অদুদগী হেনগৎনবা মথং মথং হোৎনরক্তুনা তুংদদি মশু মবেন নুংঙাইনা পানখি। অসুন্না হোৎনবা কনবদগী মশু অতোনবা অদুনা মতিক চাবা মীশক অমা ওইবা ঙমখি।

---

# লফুতোন



**লফুতোন্না হেলোই অতোনবী অদু মাগী তালোই ওইনবা ময়ুমদা পুরক্লে।**

থায়না মমাঙওঙৈদা লফুতোন কৌবা লুখ্রাবী মচা অমা লৈরম্মী। নোংমা মহাক্না অসুম চৎথোরকপদা তুরেল অমদা হেলোই তরেৎ ইরোইদুনা শান্নবা থেংনরম্মী। লফুতোনসু ইরোইবদু য়াওনিঙবদগী হেলোইশিংদুদা হায়রকই, "নখোয়গা ঐগা ইরোইদুনা লমজেন তান্নসি, নখোয়না ঙম্লগনা ঐবু হাৎচৌ, ঐনা থোইরগনা নখোয়গী মরক্তগী অতোনবী অসি ঐঙোন্দা পীরম্লো"।

হেলোইশিংদুসু লফুতোন্না হায়রিবা অদুদা য়ারে। লফুতোনগা মখোয়গা লমজেন তান্নরে। মদুদা লফুতোন্না থোইরে। হায়নখিবগী মতুং ইন্না হেলোই তরেৎকী অতোনবী অদু লফুতোন্দা পীরম্লগা মখোয় তরুক অদুদি চৎখ্রে। লফুতোন্না অতোনবী অদু মহাক্কী তালোই ওইননবা ময়ুমদা পুদুনা লাক্লে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

মতম অসিদা লৈবাক অদুগী নিংথৌনা লফুতোনগী নুপী অসি মশক মতৌ ফজে হায়বসি তারম্মী। নিংথৌ অদুনা নুপী অদুবু য়াম্না পাম্লে। মহাক্না লফুতোন অসি হাৎলগা মহাক্কী নুপী অদু লৌরগে খল্লে। লফুতোন হাৎনবা নিংথৌনা থৌরাং কয়া তৌবা হৌরক্লে।

নোংমা নিংথৌনা মনাইশিং থাদুনা লফুতোনবু কৌখৎলে। নিংথৌনা কৌবনিনা লফুতোনসু লাক্লে। অদুদগী নিংথৌনা হায়রকই, "লফুতোন, কোনুংগী সনথোংদা থোইদিং পোৎ অমা হৈদোক্লমগনি। নঙনা হয়েংগী অয়ুক অঙনবদা অমত্তা চিৎথদনা খুনগদবনি। মদু ঙমদ্রবদি হয়েংগী নুমিত্তা নঙ অঙাং ওনহনগনি।" নিংথৌগী ৱা অদু তাবদা লফুতোন্দু হায়নীংঙাই লৈতনা ৱাখ্রে।


"হা ইপা সোরারেন, নিংথৌগী সনথোংদা থোইদিং পোৎ অমা হৈদোক্লিবসি খুন্ননবা খুনু খরদা থাদবীরকউ।"

ময়ুমদা মথৱায় নুংঙাইতনা হল্লকপদু মহাক্কী নুপীনা উরে অমসুং মপুরোইবদা হংলকই, "ইবুংঙো, কোনুং কাক্রগা মাইথোং মকশিন্না লাকপবু নিংথৌনা করম্বা সনা য়াথং তাকপীরকপগে?" লফুতোন্না নিংথৌনা হায়রকপা পুন্নমক মাগী নুপীদা চিৎথদনা তম্লে। মদুদা হেলোই অতোনবীনা তপ্না খুল্লকই, "ইবুংঙো, অদুগী ওইরবদি করি অমত্তা ৱাবীরুগনু, নুংঙাইনা চাক চারগা পোত্থাবীরো, ননাইনা শোয়দনবা শীঞ্জগনি।" অসি হায়রদুনা হেলোই অতোনবী অদুনা মপুরোইববু চাক-ঈশীং পীজ-পীথক্লগা পোত্থাহনখ্রে।

অদুদগী হেলোই অতোনবীনা অহিং অথেংবদা শুমাংদা থোক্লুনা মপা সোরারেন কৌরদুনা হায়রকই, "হা ইপা সোরারেন, নিংথৌগী সনথোংদা থোইদিং পোৎ অমা হৈদোক্লীবসি খুন্ননবা খুনু খরদা থাদবীরকউ।"

মচাগী বা তাবদগী সোরারেন্না খুনু খরা থাদোরক্তুনা নিংথৌগী সনথোংদা হৈদোক্লীবা থোইদিং পোৎ অমা অদু অমত্তা চীৎথদনা খুনলম্লগা অমুক পাইখ্রে।

অদুদগী নোংঙাল্লমদাই য়ৌরকপা মতমদা হেলোই অতোনবীদুনা মপুরোইবদা হায়জরকই, "ইবুংঙো, থোইদিং পোৎ অমা হায়বদু অমত্তা চিৎথদনা খুন্দুনা লৈরবনি, ইবুংঙোনা খুনবা শাদুনা থোইদিং পোৎ অমা অদুগী মনাক্তা লৈবিরুরো।" অসুম্না শীন্নরবা মতুংদা লফুতোন্দু থোইদিং মনাক্তা ফমদুনা লৈরে।

অসোমদনা নিংথৌ অদুদি লফুতোনগী নুপী অসি শোয়দনা লৌরবনি, লফুতোন্নবু থোইদিং পোৎ অমা খুনবা ঙম্বা হৌনদে হায়দুনা নুংঙাইনা লৈরি। অদুবু নোংঙাল্লকপা মতমদদি নিংথৌ অদুনা শনথোংদা য়েংলুবা মতমদদি থোইদিং পোৎ অমা অদু অমত্তা বাত্তনা খুন্দুনা লৈরম্লে। লফুতোন অসিদি মী নত্রে লাই ওইরেনা হায়দুনা নিংথৌ অদু পুমঙক ঙকখ্রে।



নিংথৌ অদুনা সনথোংদা য়েংলুবা মতমদদি থোইদিং পোৎ অমা অদু অমত্তা বাত্তনা খুন্দুনা লৈরম্লে।

নিংথৌ অদুনা করম্বা অতোপ্পা পাম্বৈ শীজিন্নদুনা লফুতোন অসিবু হাৎনবা হোৎনসিগে হায়দুনা বাখল তৌদুনা লৈরে। নিংথৌনা মনাইশিং থাদুনা লফুতোনবু অমুক কৌহল্লুরে। লফুতোন্না কোনুং য়ৌরক্লবা মতমদা নিংথৌনা মনাইশিংদা কোম অমা তৌহল্লে, অদুদগী

লফুতোন্দা হায়রকই, "লফুতোন, হয়েং নহাক্না কোম অসিদা কুমথরগা ঐগী লাইরৈবাক্তা লৈখিবা ইপা-ইমা অনিগী পাউ খর লৌরুগদবনি, অদুনা নঙনা কোম মনুংদা হেক কুমথখ্রবা মতুংদা নঙগী লম্বী ঙাম্ননবা কোম মনুংদা শীং-য়েন লংথরগা, ঘী-থাও হৈজিন্দুনা মৈ থারক্কনি"।

নিংথৌগী বারোল অদু তাবদা লফুতোন অদু হন্দমুক্তি হিংফম লৈত্রে হায়দুনা মথবায় নুংঙাইতনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্না মথবায় বানা ময়ুমদা হল্লকপদু হেলোই অতোনবীনা উরে অমসুং মপুরোইবদা হংলকই, "ইবুংঙো, কোনুং কারুরগা থবায় নুংঙাইতনা হল্লকপবু নিংথৌনা করম্বা সনা য়াথং অমুক তাকপীরকপগে?"

নিংথৌনা হায়রকপা পুম্নমক লফুতোন্না মহাক্কী নুপীদা তম্লে। অদুদগী হেলোই অতোনবীদুনা হায়রকই, "অদুগী ওইরবদি করিমত্তা বাবিরুগনু, ঐনা শোয়দনবা হোৎনজগনি।" অসুন্না হেলোই অতোম্বী অদুনা মপুরোইববু চাক ঈশিং পীজ-পীথক তৌরগা পোত্থাহনখ্রে, অদুগা অহীং অথেংবদা হৌগৎলগা মপা সোরারেন্দা হায়জরকই, "হা ইপা সোরারেন, শবি খরগা কা অমগা মনা অমগা থাদবীরকউ।"

মচাগী বা অদু তাবদগী মপা সোরারেন্না শবি খরগা য়ুবী অমুক চাউবা কা অমগা য়াংকোক অমুক পাকপা মনা অমগা থাদরক্লে। অদুদগী অতোনবী অদুনা শবিশিংদা কোনুং মনুংদা লৈরিবা কোম অদুদগী মহাক্কী ফুঙ্গা লাইরু ফাওবা মনুংদা মী খঙহন্দনা লম্বী অমা শেমহনখ্রে।

নোংঙাল্লবা মতুংদগী হেলোই অতোনবীনা লফুতোন্দা হায়জরকই, "ইবুংঙো, ঐনা কোম মনুংদা ঐখোয়গী ফুঙ্গা লাইরু ফাওবা লম্বী অমা শেম্লবনি, ইবুংঙোনা হোরেল কোম মনুংদা হেক চোংথবগা লম্বী অমা থেংনগনি মদুদা অদুম লাকপীয়ু।"

লফুতোন্না কোনুংদা হেক য়ৌরকপগা নিংথৌনা মমা মপাগী পাউ লৌরুনবা লফুতোনবু কোমদা চোংথহনখ্রে। মহাক্না হেক চোংথখিবগা শীং-য়েন লংথদুনা ঘী-থাও হৈজিন্দুনা মৈ থারক্লে। মতম অসিদা লফুতোনদি শবিনা শেম্লম্বা লম্বী অদুদা লাক্লুনা ময়ুমদা য়ৌরক্লে। হেলোই অতোনবীনা মপুরোইববু কোয়েৎ অমা য়েৎশিনবীরে, অদুগা ফক অমদা কা চারগা ফমহনখরে।

অসোমদনা নিংথৌ অদুনা লফুতোন অদু মৈনা চাক্লুনা শোয়দনা শিরম্লগনি খল্লে। নিংথৌনা মনাইশিংদা লফুতোনগী নুপী লৌরুনবা ময়ুমদা থারক্লে। মনাইশিংনা থোঙ্গাল য়ৌরকপা মতমদদি লফুতোন মানবা অমা কা ঙাংশং ঙাংনা চারগা ফক্তা ফমদুনা লৈবা উরে। মদু উবদা মনাইশিং

অদুনা লফুতোন নৎত্রনে মানীদা হায়দুনা চেপথ-চেপথ য়েংলম্লগা চঙবা ঙমদনা হনখ্রে; অদুগা নিংথৌদা লফুতোন শিদে ময়ুমদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈহৌই হায়দুনা তম্লে। মনাইশিংগী ৰাদু তাবদা নিংথৌ অদুদি হেন্না ঙকখ্রে, লফুতোন হাৎনবা হোৎনবসিদি পুন্নমক অরেম্বা তারেদনা খন্দুনা নুংঙাইতনা লৈখ্রে।

অসোমদনা হেলোই অতোনবীনা নুমিদাংদা শবি অমুক কৌরদুনা লম্বী অদু হান্নগুম মেনশিনহল্লে। অদুদগী হেলোই অতোনবীনা নোংঙাল্লক্লবদা মপুরোইবদা হায়জরকই, "ইবুংঙো, ক্না অসিগা মনা অসিগা পুবিরো অদুগা নিংথৌদা অসুন্না হায়বীয়ু — ঐনা লাইরৈবাক্তা চৎপা মতমদা ইনিংথৌগী পাবুংগা ইমাগা অনিদি ওম্ভোক্লা নুংঙাইনা লৈহৌখ্রে। মখোয়গী লৈফম অদুদি ঐখোয়না অমুক্তা উরক্ত্রীবা পোৎনা পীক থল্লি, পাবুংগা ইমাগনা ইনিংথৌবু উদবসু কুইরে, লাকউ, লাইরৈবাক্কী নুংঙাই নুংঙাইরবা কয়া অসিসু য়েংলো হায়দুনা হায়রকই — অসুন্না তম্বীয়ু।" অদুগা ক্না অসিগা মনা অসিগসু ইচা নিংথৌদা পীজৌ হায়দুনা পীরকপনি হায়দুনা পীবিয়ু।



"নিংথৌনা ক্নাগা মনাগা উবদা থাজদুনা চৎনিংলক্কনি। ইবুংঙোদা করম্না চৎপগে হায়বদু হংলক্কনি।"

## *উমাইবী অমসুং অতৈ যুস্না রারীশিং*

নিংথৌনা ক্বাগা মনাগা উবদা থাজদুনা চৎনিংলক্কনি, ইবুংঙোদা করম্না চৎপগে হায়দুনা হংলক্কনি। মদুদা ইবুংঙোনা অসুন্না হায়বিয়ু — "ঐনা কোমদা চোংথবা মতমদা কোম মনুং অদু ইমম মমদুনা চৎফম খঙলমদে, অদুদগী ইনিংথৌনা শীং-য়েন হাপচীল্লগা ঘী-থাও হৈথদুনা মৈ থাগৎলকখিবদগীদি কোম মনুং অদু ইঙাল-ঙাল্লক্লে, কদায়দনো লম্বীদুবু হায়দুনা য়েংলকপদদি লম্বী অমা ইচাউ চাউনা লৈরম্লে। লম্বীদুদা অসুম চঙশিল্লগা ইনিংথৌগী পাবুং ইমাগী লৈফম অদু থেংনরকপনি। অসুন্না হায়বিরবা মতুংদা নিংথৌদু থাজরদুনা চৎনীংবদগী মহাকসু চৎলুগে হায়রক্কনি। অদুদগী মহাক্না কোমদা হেক চোংথখিবগা ইবুংঙোদা তৌখিবগুম্না শীং য়েন হাপচিন্দুনা ঘী-থাও হৈজিন্দুনা মৈ থাবীয়ু, কোম মনুংগী লম্বী অদুদি ঐনা মেনখ্রবনি। অদুনা নিংথৌ অদু চৎফম লৈতবদগী কোম মনুংদা অদুম শিজখ্রগনি।" অসুন্না মচা খায়না হেলোই অতোনবীনা নিংথৌদা হায়গদবা, তৌগদবা ময়ামদু হায়রবা মতুংদা মপুরোইবা অদু কোনুংদা থারক্লে।

কোনুং য়ৌরদুনা নিংথৌগা উন্নরে। ক্বা অমদি মনা অদু মপা মমানা পীরকপনি হায়দুনা নিংথৌদা পীরে। নিংথৌ অদু ক্বা অমনা য়ুবী অমুক চাউবা, মনানা য়াংকোক অমুক পাকপা অদু উরুবদা থাজরদুনা মপা মমাগী মনাক্তা চৎনিংলক্লে।

অদুদগী নিংথৌনা লফুতোন্দা হায়রকই, "ফরে লফুতোন, ঐ লাইরৈবাক্তা পাবুংগা ইমাগা উন্নবা চৎলুরগে। অদুনা ঐনা কোমদা চোংথখ্রবা মতুংদা ঐগী লম্বী চৎফম ঙান্নবা নখোয়না শীং-য়েন হাপ্পুনা ঘী-থাও নিংথিনা হৈজিন্দুনা মৈ থারকউ"। অসুন্না হায়রদুনা থৌরাং পুন্নমক লাঙবা লোইরে।

অদুদগী নিংথৌ অদু কোমদা মথন্তা চোংথজখ্রে। শীং-য়েন, ঘী-থাও পুন্নমক হাপচিন্দুনা মৈ থারক্লে। নিংথৌ অদুদি চৎনবা লম্বী লৈতবনা মৈনা চাক্লুনা কোম মনুংদা অদুম শিরে। অদুদগী অঙম অথৌ পুন্নমক্লা লফুতোন্দা নিংথৌ ওইবিরো হায়রকপদগী মহাক্লা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইখ্রে।



নিংথৌ অদুনা মপাবুংগা মমাগা উনরুনবা কোমদা চোংথরি।

অসুম তৌদুনা নিংথৌ অদুনা মীগী নুপীবু পামদুনা ঙম্মী মতাগুম লফুতোনবু হাৎনবা তৌরুবা খুদিংমক অরেম্বা তাদুনা মমৈথংদদি নিংথৌ অদু ওইনা শিখি। তাইবং লোনচৎকী রাংমদা মীগী নুপী পাম্মুবা অমসুং মীবু মাঙনবা হোৎনরুবগী মহৈদি মশা হান্না মাঙদুনা তোকখি। অদুগা মীঙোন্দা লাল্লুদবা মীদি কৈদৌনুংদসু মায়থীবা পীবা ঙমখিদে।

---

# কৈ, লমহুই অমসুং শওম

থায়না মমাঙঙৈদা কৈ অমগা লমহুই অমগা শওম অমগা মরুপ শান্নরম্মী। মখোয়না হামেং অমা থেংনদুনা ফাদুনা হাৎলম্মী। হামেং অদু শেমদোক্লবা মতুংদা মকোক অদুনা কৈ অদুনা শঙহৌরম্মী, অদুগা মশা অদুনা লমহুই অমসুং শওম অনিনা চান্নবা লোক ময়াদা পুরক্লম্মী। মখোয় অনিনা চামফম য়ৌরবা মতমদা শওম্না শা চাম্বা অদুগা লমহুইনা অচাম্বা শা শঙবা হায়না লেপ্লরে। অদুদগী শওম্না শা চাম্বা হৌরক্লে অদুগা লমহুই অদুনা শঙলিবনি হায়দুনা অচাম্বা খর খরা পীরকপা অদু অসুম চাথোক্লে।

শওম্না চাম্বা লোইরদুনা কাখৎলকপা মতমদদি অশেম্বা শাদু অমত্তা লৈরমদ্রে। মদুদা শওম্না শাউরদুনা হংলকই; "ইতাও লমহুই, ঐনা ব্রানা চাম্লগা নঙনা নুংঙাইনা ফম্লগা চাথোকইবা করিগীনো?" মদুদা লমহুইনা খুম্লকই, "করিনো ইতাও, নঙনা হায়রীবা ব্রা অদুবো, নঙনা চাম-চামদুনা চাথোক্লগা ঐঙোন্দা তাইশিন্নরিবা অদুবু হৌনব্রা?" অসুম্না মখোয় অনি য়াম্না কন্না খৎনরে।

ঙাইহাক খৎনরগা কৈদা তাকউরসি হায়দুনা কৈগী মনাক্তা লাক্লে। অদুগা কৈদা ব্রারম পুন্নমক তম্লে। ব্রাদু তাবদগী কৈনা মখোয় অনীগী শা চামফম তান্না চৎলগা কনানা চাম্বা, কনানা শঙবা হায়বদুগী মওং য়েংগে হায়রক্লে। লমহুই অদুদি হৈশিংবনিনা হামেং মকোক অদু শঙহৌরগে। কৈ অমদি শওম অনিনা শা চামফম অদু য়েংবিনবা হায়রক্লে।

অদুদগী ফরে হায়দুনা য়ানরবা মতুংদা লমহুই অদুনা হামেং মকোক অদু শঙহৌরে। কৈগা শওমগনা শা চামফম তান্না চৎখ্রে। মখোয়না চৎখ্রিঙৈদা হামেং মকোক অদুসু লমহুই অদুনা চাথোক্লে। অদুগা মফম অমদা লোৎখ্রে।

অসোমদনা ঐনা সিদা চাম্মী, মানা সিদা ফম্মী হায়দুনা কৈগা শওমগদুনা কুপ্না য়েংসিল্লে। মখোয় অনিনা অমুক হন্নকপা মতমদদি লমহুই অদুসু হমেং মকোক অদুসু লৈরমদরে। "লমহুই অদুনা অশেম্বা শা অদুসু মকোক অদুসু শোয়দনা চাবা ওইরমগনি। মহাক য়াম্না ফত্তবা লমহুইনি, মহাক থিরগা হাৎতবা য়াদ্রে" হায়দুনা শওমদু থনম্লগা কৈ অদুদি লমহুই থিবা চৎখ্রে।

লমহুই অদু শা ময়ামদু চারুবগী ঈশিং খৌরাংদুনা শোয়দনা ঈশিং থকপা লাক্লনি, মানা লাকপা মতমদা শোয়দনা হাৎলগে অসুম্না খল্লদুনা কৈ অদুনা ঈশিং মরাং কায়না লৈবা লোক অমগী মনাক্তা লুমদুনা লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা লমহুই অদু ঈশিং খৌরাংলক্তুনা ঈশিং থিবা লাক্লে। মানা ঈশিং মনাক য়ৌরকপা মতমদদি কৈ অদু লৈরম্বা য়াই হায়দুনা খঙনীং নীংশিংলক্লে।

কৈদি য়াম্না পঙবনি, মহাক লৈবরা লৈতবরা লৌশিং তৌদুনা অমুক্তা য়েংগে হায়দুনা লমহুই অদুনা "ও ঈশিং, ও ঈশিং" হায়না কন্না কন্না কৌরক্লে। ঈশিংনদি খুম্বা হৌনদবনিনা খুম্মক্তুবা অদুদা লমহুইনা হায়রকই, "ঈশিং অসিগী মনাক্তা কনাগুম্বা অমা লৈরম্বা তারে, নহানমখৈদি ঐনা হেক কৌবদা খুম্বনি অদুবু ঙসিদি খুম্লক্তে।" লমহুইনা অসুম্না হায়জিন্নদুনা ঙাংবা ঝাঙাং অদু কৈ অদুনা তারে।

কৈ অদুনা অশেংবা ওইরবোই নীংদুনা অসুম্না খল্লে, "ঈশিং অসি লমহুই অসিনা কৌবদা হেক হেক খুম্বোইরে, ঐ লৈবসিদা খুমদ্রমাল্লে অদুনদি ঐনা ঈশিং শাদুনা খুমদ্রবদি লমহুই অসি শোয়দনা চৎখিবা তারে।" অসুম্না খল্লদুনা অমুক কৌরকপা ঙাইদুনা লৈরে।



"ঈশিংনা খুম্বদি নপানা হৌনব্রা?"

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

লমহুই অদুনা অমুক্তা লৌশিং তৌদুনা হায়রকই, "হায় ঈশিং, ঐনা হন্দক অমুক কৌবসিদা খুমদ্রবদি ঈশিং থক্লরোই" অসুন্না হায়রদুনা মানা অমুক হন্না "ও ঈশিং, ও ঈশিং" হায়না কৌরক্লে। লমহুইনা কৌরকপা অদু তাবদগী কৈ অদুনসু "ও হাও" হায়না খুম্লে।

মখোল অদু লমহুই অদুনা তারকপদগী কৈ লৈরে হায়বসি খঙলে, অদুগা হায়রকই, "ঈশিংনা খুম্বদি নপানা হৌনব্রা" অসি হায়রম্লগা লমহুই অদু কন্না চেনখ্রে। কৈ অদুনসু লাকচৈদা হায়দুনা কন্না তান্নখ্রে।

কৈ অদুনা তান্নরক্লে হায়বসি লমহুই অদুনসু খঙলে। অদুদি করি তৌগনি খন্ন খন্না কন্না চেল্লকপদা মমাংদা কৌনা খরা হৌবদু লমহুই অদুনা থেংনরে। কৌনা খরা ফোয়রগা ফক শাদুনা লৈরে।

কৈ অদুসু কন্না চেনশিল্লকপনা লমহুই অদুগী মনাক য়ৌরক্লে। অদুগা হায়রকই, "হায় লমহুই, নঙ নৎত্রা ঐগা শা তানমিন্নবদো? নঙ হাৎপা তারে"। কৈগী ৱা অদু তাবদা লমহুই অদুনা খুম্লকই, "কদায়দগী, কদায়দগী, ইবুধৌ ঐ নৎচদে, ঐদি লমহুই ফক শাবা কৌই। ইবুধৌনা হায়রিবা অদুদি ঐগী ইয়াম্বা লমহুই শা তানবা অদু ওইরমগনি, ঐখোয় অনী শক য়াম্না মান্নে।"

লমহুইগী ৱাঙাং অদু তাবদা কৈ অদুনা হায়রকই, "অদুদি নঙনা শারিবা ফক অদুদি করি কান্নে?" লমহুইনা খুম্লকই, "ইবুধৌ ফক অসিগী মথক্তা নুংশা য়াইদুনা তুম্বা য়াম্না নুংঙাই।" কৈনা অমুক হায়রকই, "অদুদি ঐ য়াম্না ৱারে," নঙগী ফক মথক অসিদা ঙাইহাক্তা তুমদুনা নুংঙাইব্রা য়েংগে।" অসি হায়রদুনা ফক অদুগী মথক্তা কৈ অদু হিপথখ্রে।

নুংশা মরক্তা চেল্লকপগী ৱাবনে কৈ অদু ফক মথক অদুদা নুংঙাইনা নাখোক্তুনা তুমখ্রে। মতম অসিদা লমহুই অদুনা কৈগী মতু অদুসু ফক অদু শাবদা লোইনা য়াওশিল্লে, অদুগা অমুক কন্না চেনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা কৈ অদুনা য়াওল্লকপা মতমদদি মতুশিং অদু পদৎ পদৎ তক্তুনা য়াম্না নারে। কৈ অদুনা অমুক য়েংলকপদদি লমহুই অদু লৈরমদরে। লমহুই অদু হেক ফংবা মফমদা হাৎলগে হায়দুনা কৈ অদুনা য়াম্না শাউনা তান্নরক্লে।

কৈ অদুনা শোয়দনা তান্নরক্কনি হায়বসি খঙবনিনা লমহুই অদুনা খরা চেল্লগা করম্বা লৌশিং অমুক তৌসিগে হায়দুনা খল্লে, অসুন্না খল্লিঙৈদা মমাঙদা খোই মহুম অমা উ পাম্বী অমগী মশাদা য়ান্দুনা লৈবা উরে। মহাক্না পুঙ য়ৈবা শারদুনা উ অদুগী মখোঙদা ফমদুনা লৈরে।

অসুন্না লৈরিঙৈদা কৈ অদুসু লমহুই অদুগী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। লমহুই অদু হেক উবা মতমদা কৈ অদুনা শাউনা ঙংলদুনা হায়রকই, "হায় লমহুই, লমহুই ফক শাবা হায়বদো নঙ নৎত্রা?" লমহুই অদুনা খুম্লকই, " নত্তে নত্তে, ইবুধৌ ঐদি কদাইদগী ওইগদগে, ঐদি লমহুই পুঙয়ৈবা কৌই, ঐগী ইথক্তা ইয়াম্বা অনী লৈ। অমনা লমহুই শা তানবা, অমনা লমহুই ফক শাবা, ঐখোয় অহুম অসি শক য়াম্না মান্নবনি।"

কৈনা অমুক হায়রকই, "অদুদি নঙনা পুঙ য়ৈরিবা অদুদি করি কান্নে?" মদুদা লমহুই অদুনা খুম্লকই, "ইবুধৌ, ঐগী পুঙ অসিদি মখোল য়াম্না নুংশি, মসিবু য়ৈরবদি অৱা-অনা হেক্তা কোকই।" লমহুইগী ৱাদু তাবদা কৈ অদুনা পুঙ অদু য়াম্না য়ৈনিংলে।

অদুদগী কৈ অদুনা পুঙ অদু অমুক্তা য়ৈজগে হায়দুনা লমহুইদা হায়রক্লে। মদুদা লমহুই অদুনা খুম্লকই; "এ! ইবুধৌগী খুৎচাওদুনা য়ৈরবদি পুঙ অসি শোয়দনা তৎলগনি, য়ৈবিগনু।" অসুন্না হায়রকপসিদা কৈ অদু অমুক্কা হেন্না য়ৈনিংলে। কৈ অদুনা লমহুইদা তপ্পা য়ৈগে তৎহল্লোই হায়দুনা য়ানরে।

পুঙ অসিদদি থদৎলগে খল্লদুনা কৈ অদুনা খুৎচাও থাদুনা খোই মহুম অদুদা কন্না য়ৈরে। খোই ময়াম অদু পাইথোরক্লুনা কৈদা ওমশিন্দুনা চীক্লে। কৈ অদুদি খোই ময়াম অদুনা চীক্লকপদগী নামনখিবনা খাঙবা ঙমদবদগী লোকখাদা ওন্থ্রে। অসুন্না তৌরিঙৈদা লমহুই অদু অমুক কন্না চেনখ্রে।

কৈ অদুনা ৱাখল লাকপা মতমদদি লমহুই অদু লৈরমদরে। অদুদগী কৈ অদুনা য়াম্না শাউরদুনা লমহুই অদু হেক উবা মফমদা হাৎলগে হায়দুনা অমুক হন্না তান্নরক্লে।

কৈ অদুনা শোয়দনা তান্নরক্কনি হায়বসি লমহুই অদুনা খঙবদগী খরা চেল্লগা করম্বা লৌশিং অমুক তৌসিগে খল্লে। মহাক্না য়েংথোরকপদা চীংমাই অমদা পুলৈ খরা হৌবা উরে। পুলৈ ফুকপা শারগে খল্লদুনা লমহুই অদু পুলৈ মখোঙদা ফমদুনা লৈখ্রে।

মতম অসিদা কৈ অদুনা লমহুই অদু হেক উবগা শাউনা ঙংলদুনা হায়রকই, "হায় লমহুই, লমহুই পুঙ য়ৈবা হায়বদু নঙ নত্রা ?" লমহুই অদুনা খুম্লকই, "নত্তে নত্তে, ইবুধৌ, ঐদি কদাইদগী ওইগদগে, ঐদি লমহুই পুলৈ ফুকপা কৌই, ঐগী ইয়াম্বা অহুম লৈ, অমনা লমহুই শা তানবা, অমনা লমহুই ফক শাবা, অমনা লমহুই পুঙ য়ৈবা, ঐখোয় লোয়না শক য়াম্না মান্নে।"

লমহুইগী ৱাঙাং তাবদা কৈ অদুনা হায়রকই, "অদুদি নঙনা পুলৈ ফুক্লীবা অদুদি করি কান্নে। মদুদা লমহুই অদুনা খুম্লকই, "এ ! ইবুধৌ, ৱানা চৎথোকউরগা হঞ্জীল্লকপদা পুলৈ অসি ফুক্তুনা শান্নরবদি অৱাবা হেক্তা কোকই অদুনা ঐনা অৱাবা কোক্লবা পুলৈ ফুক্কে তৌরম্লীবনি।"



কৈ অদুনা পুলৈ খংফুক ফুকপদা লোকখাদা ওস্থরক্লি।

লমহুইগী ৱাঙাং তাবদা কৈ অদুসু পুলৈ অদু য়াম্না ফুক্লীংলে, মহাকসু পুলৈ অমত্তা ফুক্কে, অদুগা পোখাবা য়াবরা য়েংগে হায়দুনা লমহুইদা হায়জরম্মী। লমহুই অদুনা কৈ অদুবু লোকখাদা ওস্থখিনবা হায়দুনা অঙম্বা মফম অমদা খরা কনবা পুলৈ অমা মসি ফুকউ মসিনা হেন্না নুংঙাইগনি হায়দুনা থাজিল্লে।

কৈ অদুনা পুলৈ অদু খংফুক ফুকপা মতমদদি ঙম্মনবনা কৈ অদু লোকখাদা থরো থরো ওস্থখ্রে। লমহুই অদুদি মতম অদুদা কন্না অমুক চেনখ্রে। কৈ অদুদি লোকখাদা ইহীং নাহীং শাদুনা লৈখ্রে।

মহাক্না য়েংখৎলকপা মতমদদি লমহুই অদু লৈরমদরে। কৈ অদুনা লাকচৈদা হায়দুনা য়াম্না হেন্না শাউরদুনা লমহুই অদু হেক উবদা হন্দকমুক্তী শোয়দনা হাৎলগে হায়দুনা খুতুম শীংদুনা তান্নরক্লে।

## কৈ, লমহুই অমসুং শওম

লমহুই অদুসু চেন-চেন্দুনা লাকপনা য়াম্না ৱারে। কৈ অদুনসু শোয়দনা তান্নরক্কনি খনবদগী পোত্থানবা মতমগা অমত্তা ফংদ্রে। করি করম্বা লৌশিং তৌরগা কৈ অদু হাৎসিগে হায়দুনা লমহুই অদুনা চপ য়ুংনা খনখ্রে। অসুন্না খল্লকপনা লমহুই অদুনা মমাঙদা উরী খরা হৌবা উরে। মহাক্না উরী অদু খাঙদুনা লৈরে।



"হায় অপঙবা কৈ, নপাঙ্গল কল্লি হায়দুনা ঐবু হাৎকদবগী তৌজবা শারি। শিংবদি ঐনা হেনবনিনা নঙ অদুম কৎদুনা শিহৌরো।"

অসুন্না তৌরিঙৈ মতম অদুদা কৈ অদু লমহুইগী মনাক য়ৌরক্লে অদুগা লমহুইদা হায়রকই, "হায় লমহুই, লমহুই পুলৈ ফুকপা হায়বদু নঙ নৎত্রা?" মদুদা লমহুই অদুনা খুম্লকই," কদাইদগী ঐ ওইগদগে ইবুধৌ, ঐদি লমহুই উরী খাঙবা কৌই। ঐগী ইথক্তা ইয়াম্বা মরি লৈ, অমনা লমহুই শা তানবা, অমনা লমহুই ফক শাবা, অমনা লমহুই পুঙ য়ৈবা, অমনা লমহুই পুলৈ ফুকপা, ঐখোয় পুম্নমক শক য়াম্না মান্নবনি।"

লমহুইগী ৱা তাবদা কৈ অদুনা মখা তারকই, "অদুদি নঙনা উরী খাঙলিবা অদুদি করি কান্নে?" মদুদা লমহুই অদুনা খুম্লকই, "ঙসি নোংম-নিনি অসিগী মনুংদা নোং নুংশিৎ অকনবা অমা লাক্কদৌরি হায়দুনা শা-উচেক পুম্নমক মাগী মাগী মথৱায় হিংনবা হায়দুনা উরী খাঙদুনা মদুনা উজাউদা পুনশিন্দুনা মশা হিংনবা হোৎনরীবা অসি ইবুধৌদি তাদবরা?"

পাউ অদু তাবদা কৈ অদুসু কিরে। মহাকপুসু উরীনা পুনবীয়ু হায়দুনা লমহুইদা হায়রক্লে। লমহুই অদুনা কৈ অদু উজাউ অমগী মনাক্তা পুশিন্দুনা উ অদুগা পুন্না উরীনা কন্না পুনশিল্লে। কৈ অদু লেংবা ওৎপা অমত্তা য়াদরে।

### উমাইবী অমসুং অতৈ ফুংগা ৱারীশিং

মতম অদুদা লমহুই অদুনা কৈ অদুদা হায়রকই, "হায় অপঙবা কৈ, নপাঙ্গল কল্লি হায়দুনা ঐবু হাৎকদবগী তৌজবা শারি, অদুবু শিংবদি ঐনা হেনবনিনা নঙ অদুম কংদুনা শিহৌরো" অসুম্না হায়রল্লগা লমহুই অদু চৎখ্রে। কৈ অদুদি চাদ-থক্তবনা মরম ওইদুনা কংদুনা মফম অদুদা শিখি। অসুম তৌদুনা মপাঙ্গল কল্লবা কৈ অদুবু অশোনবা লমহুই অদুনা শিংবা হেনবদগী লায়না হাৎতোকখি।

---

# নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অমসুং অঙম্বগী মচানুপা

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমগী মচানুপা অমগা মচানুপী মঙাগা লৈরম্মী। মচানুপা অদুনে অদুগা মচানুপী মরি অমদি ময়ুম পাল্লে। অদুগা মশকসু খ্বাইদগী ফজবী অমসুং য়াম্নসু শিংবী অতোনবী অদুদি ময়ুম পাল্লু হায়বা সুকয়া য়ারমদে। মহাক্তি মহাক্কী মখুৎনা হেক শোকপা নুপা অদুদা লৈগনি হায়দুনা খ্বাশক্লম্মী।

মতম অদুদা লৈবাক অদুগী অঙম্বা অমগী মচানুপা মশক মতৌ ফজবা অমনা নিংথৌগা মচানুপী অতোনবী অসিবু য়াম্না পামজরম্মী অমসুং করম তৌরগা মহাক অসিবু লৌগদগে হায়না খল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না লৈবাক লৈবাক খুদিংদা চত্তুনা মহৈ থিবা হৌরক্লে।

মহাক্না অসুম মহৈ থিরকপদা মমৈথংদা হনুবা ওনবা ঙম্বা হনুবা অদুসু য়াম্না শোনবা শোনমন্দুনা মঙৈ থক থক নিকপা অদুগা মশা অদুসু পাৎপনা বর বর লাউবা, অদুগুম্বা ওনবা ঙম্বা মহৈ অমা ফংলে।

মহাক্না মহৈ অসি হেক ফংবগা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদু উননবা হোৎনরক্লে। নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদু কোনুংগী পুখ্রি অচৌবা অদুদা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং খ্বাইরম অসি ঈশিং শোকপা হেক হেক থোরকই।

নোংমা নুমিদাংখ্বাইরম অমদা অঙম্বগী মচানুপা অসিনা হনুবা ওন্দুনা পুখ্রি অদুগী মপান্দা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরে। নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অসিসু মনাইশিংগা লোয়নদুনা ঈশিং শোকপা লাক্লে।

মহাক্না পুখ্রিদা কুমথদুনা ঈশিং শোক্লগা কাখৎলকপদা হনুবা অসিনা মঙৈ থক থক নিক্তুনা "ইবেম্মা, ইপুবু ঈশিং য়াম্না খৌরাংলে, অদুবু ইপুনদি শোনবনিনা কুমদুনা থকপা ঙমদ্রে। অদুনা ইবেম্মনা ঐঙোন্দা ঈশিং খিত্তা পীথকপীয়ু" হায়দুনা পুখ্রি অদুগী মপান্দা তুরোই ঙাম্লোই চঙশিল্লক্লে।

মদু উবদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুনা "কদায়দগী হনুবনো ওন্থরগনিনে" হায়দুনা হনুবা অদুদা তাপ হেক পায়রুরে। অদুগা ঈশিং অদু মপুক পেন্না পীথক্লে।

অদুদগীদি হনুবা অদুনা ঈশিং থকপা লোইরদুনা চৎকে হায়না হেক তৌবদা মহাক্না হনুবা অদুদা হায়রকই "হনুবা নঙ চৎপা য়াদ্রে, নঙোন্দা ঐ লৈবা তারে"। অসুন্না হায়রকপদা হনুবা অদুনা খুন্নকই "করি ৱানো ইবেম্মা, ঐদি ইয়ুম ইংখোলসু লৈজদে অদুগা শিগদবসু হোরেল হয়েং খঙদনা লৈরবা অসুক শোল্লবা ঐঙোন্দবু ইবেম্মনা করম্না লৈগদৌরিবনো? ঐ ঙমজরোই"।



"হনুবা নঙ চৎপা য়াদ্রে, নঙোন্দা ঐ লৈবা তারে।"

ৱা অসি তাবদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীনা হায়রকই "হনুবা, নঙগী নয়ুম ইংখোল লৈগে লৈয়ু লৈরোই তোকউ, শোনগে শোল্লু শোল্লোই তোকউ, ঐদি নঙোন্দা লৈতবা ইয়া য়াদ্রে। ঐদি ঐগী খুৎনা শোকপা নুপাদা লৈগনি হায়দুনা ৱাশকখ্রে। অদুনা ঐনা নঙবু খুৎনা শোক্লবনিনা নঙোন্দা লৈবা তারে।"

### *নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অমসুং অঙম্বগী মচানুপা*

অসুম্না হায়দুনা মহাক্না মাগী মনাইশিংদা অমুক ওন্সিল্লগা "ইতাশিং, ঐনা হৌজিক হনুবা নুপা অসিদা খুৎনা শোকউরে। ঐবু হৌজিকমক লুহোংবিয়ু হায়দুনা ইপা ইবুংঙো অমসুং ইমা ইবেম্মদা হায়বীরু" হায়দুনা হায়রকই। ৱা অসি তাবদা মনাইশিংনা ৱাফম পুন্নমক নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে।

নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীনা হায়রক্লিবা ৱাফম অসি তাবদা মপা নিংথৌ অমসুং মমা ইবেম্মদি য়াম্না নুংঙাইরমদে। মখোয়না খল্লি ময়ুম ইংখোলসু লৈতবা, অদুগা অসুক শোনখ্রবা হনুবা অসিদবু করম্না লৈগদৌরিবনো? অদুবু মহাক্না য়াদ্রবনিনা লুহোংদবদি য়াদ্রে।

অসুম্না খন্নরদুনা মখোয় অনিগী লৈনবা য়ুম অমা শারগা মখোয় অনি অদু লুহোংবিরে। অদুদগীদি নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীনা হনুবা অসিগী অপাৎ অনোম চামদুনা পিজ পিথক তৌদুনা মতম খরা লৈরক্লে।

অসুম্না মতম খরা লৈরক্লবা মতুংদা নিংথৌ অসিনা খল্লি, "ঐ অহল ওইরক্লে, অদুনা ঐগী ইচানুপাদা ঐগী নিংথৌ খুভম অসি শিন্নরগে"। অসুম্না খল্লুদুনা মচানুপাদা নিংথৌ হাপ্নবা থৌরাং তৌরক্লে।

মতম অসিদা মচেমশিং অসিদি মখোয় মখোয়গী লৈজ-লৈজবা শেৎ চাদুনা অরৈ-অরৈবা পুদুনা কোনুংলোমদা লাক্লম্মী। কোনুংলোমদা লাকপগী লম্বীদা মখোয়গী মনাওনুপী অতোনবীগীদা চংলক্লম্মী, অদুগা মনাও নুপীদা লক্লরম্মী "হনুবগী নুপী নঙদি হনুবগী অপাৎ অপোম চামদুনা লৈরো, ঐখোয়দি ইবুংনা নিংথৌ ওইরগনি হায়দুনা চৎলিবনি"। অসুম্না অমা লাকই নোক্লরম্মী, অমা লাকই নোক্লরম্মী। অদুবু নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুদি মাগী মরাইবক্কীনি খন্দুনা করিসু নাচুংদনা লৈরম্মী।

অসুম্না মতম খর লৈরক্লবা অসিদা নোংমদি নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীনা ঐগী ইরাইবক অসি ওম্বোক্লা থীখ্রেদকো হায়দুনা হনুবা অসিগী মনাক্তা কপ্লম্মী। হনুবা অসিনা মানা কপ্পা অসি তারগা নুংঙাইরক্তে। মহাক্না খল্লি, মহাক অসি মতম শাংনা ৱারক্লে, অদুনা ঐ অসি হান্নগী ফিভমদা ওল্লগে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

অসুন্না খল্লদুনা হনুবনা মঙোন্দা হায়রকই "ইবেম্মা নঙ ৱারগনু, ঐনা নঙগী থম্মোয় অসি কদায় ফাওবা কনবগে হায়দুনা য়েংনিংদুনা তৌবনি। ঐ অসি অচম্বা মচা নত্তে। ঐসে অঙম্বগী মচানি। ঐনা নঙবু করম তৌরগা লৌশিগে হায়না খন্দুনা লৈবাক লৈবাক খুদিংদা ইহৈ তম্বা চথলি। মদুদা হনুবা ওনবগী মহৈ অসি ফংলক্নুনা ঐনা নঙবু লৌরিবনি। হৌজিক্তি ঐনা নঙবু নুংঙাইনা থল্লগনি। ঐ মপান থোকউগে, নঙ ইমুংদা লৈরম্মু" অসি হায়রল্লগা মহাক মপান্দা থোকখ্রে।



"ইমৌনা মতম খরা ৱারুরবসু হৌজিক্তি নকু ননেম ঐখোয় অনিনা ইমৌবু য়াম্না নুংঙাইনা থল্লগনি।"

অদুদগীদি ঙাইহাক লৈরগা পাৎপনা বর বর লাউরবা শোনখ্রবা হনুবা অদুনা মশক মতৌ চঙখোল্লবা নুপা অমা ওল্লগা চংলক্লে। মদু উবদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদু পুমঙক ঙকখ্রে। মহাক্তি ঙকমন্দুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখ্রে।

মদু উবদা নুপা অসিনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই "ইবেম্মা নঙনা ঙকইবা অদু ঙক্কনু। ঐনা নঙবু পামজমনখ্রদুনা তৌবনি। নঙ ঐবু ৱারৌগনুকো"। মশক মতৌ চঙখোল্লবা নুপা অসিনা মখা তানা হায়রকই "হৌজিক্তি ইপাগা ইমাগনা ঐগী মরম খঙদবদগী নুমিৎ খুদিংগী

*নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অমসুং অঙম্বগী মচানুপা*

কপ্পুনা লৈরিবা অসি ঐ খঙদবা নত্তে। নঙগী মরমগীদমক ঐনা ঐগী ইপা ইমাবু য়াম্না ৱাহল্লবনি। অদুনা ঐখোয় অনি চত্তুনা ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু হায়না খুরুমদুনা হায়জরুসি"।

অসুম্না হায়নদুনা মখোয় অনি লাক্লে। অদুগা মপা মমা অনিদা মচাগী মরাল ঙাকপীনবা খুরুমদুনা হায়জবগা লোয়ননা থোকখ্রিবা থৌদোক পুন্নমক্কী ৱারীশিং লোয়না লীরে। মদুদা মপা মমা অনিনা কুয়না উখিদ্রবা মচাগী শক্তম উবদা মচাবু কোল্লগা নোং খোংবগুম কপ্লক্লে।

ঙাইহাক কপ্লগা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীদা হায়রকই "ইবেম্মা ইমৌনা মতম খরা ৱারুরবসু হৌজিক্তি নকু ননেম ঐখোয় অনীনা ইমৌবু য়াম্না নুংঙাইনা থম্লগনি"। অসি হায়দুনা মচাগা মমৌগা পুশিনবিখ্রে।

অদুদগীদি অঙম্বা অসিনা কোনুংলোমদা চত্তুনা তৌরিবা থৌদোক পুন্নমক তম্মুরে। মদুদা মপা নিংথৌ অমদি মমা ইবেম্মা অনিসু মচাগীদমক্তা করম থোক্লগবনো খন্দুনা ৱানা লৈরম্বা অদু হনুবনা নহা ওল্লকপা অমদি অঙম্বগী মচাসু ওইরম্বা অদুদা নুংঙাইমনখ্রদুনা মচাগীদমক অওং অউন চাউনা তমদুনা পীরে। অদুদগীদি মখোয় অমগা অমগা ৱানরম্বা পুন্নমক কোক্তুনা নুংঙাইনা পানখ্রে। অসুম্না মী অমনা তৌগে নিংখিবা থবক খুদিংমক হোৎপু হোৎনরবদি ঙমদবা লৈতে।

---

# কৈথেল লাইরেম্বীনা কপ্পা

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমগী মনাই অমনা থোঙ শঙদুনা লৈরিঙৈ অহিং অথেংবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা কৈথেল লাইরেম্বীনা "ইমাগী ইবুংঙো নুংশিদকো। নঙদি হয়েংগী নুমিত্তা শোয়দনা শিবা তারে। ইমানা নঙবু কনবা ঙম্মোইদৌরে। পাম্মুইদকো" হায়দুনা য়াম্না নুংশিনা তেংথা-নাওইদুনা কপ্পা তারম্মী।

মহাক্না কপ্লিবা অদু ঙাইহাক তারবা মতুংদা খল্লি। কনানো, করিনো, অসুক থেংখ্রবা অহিং অসিদা অসুক মথৱাই শোক্না কপ্লিবা অসিবু করি তৌরবগে, মচা কায়নবা য়াওরব্রা? ঐ চত্তুনা ময়েংঙুরগে। অসুম্না খল্লদুনা নুপা অসিনা নুপী অদুনা কপ্লিবা মফম অদু তান্না লাক্লে।



কৈথেল লাইরেম্বীনা কপ্পদু নিংথৌগী মনাইনা উরে।

মহাক্না মফম অদুদা হেক য়ৌবগা কৈথেল লাইরেম্বীনা মখোং মখুৎ শৎ তিংথোক্লগা মশম মনা ইফা ফাদুনা কপ্তুনা লৈবা অদু উরে। মদুদা নুপা অসিনা হায়রম্মী "ইমা, ইমানা অহিং অসুক থেঙখ্রবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতম অসিদা থৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্লিবা অসিবু করি তৌরবগে?"

নুপা অসিগী ৱা তাবদা কৈথেল লাইরেম্বীনা খুম্লকই "ইবুংঙো, ইমানা কপ্লিবা

অসি অতে অমগী নত্তে। ঐ অসি কৈথেল লাইরেম্বীনি। ইমানা কপ্লিবগী মরমদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী নিংথৌ অসি হয়েংগী নুমিত্তা নোংয়াই চপচানা য়াম্না মহু কল্লবা লিল অমনা চীক্তুনা শিরগনি। অদুনা ইমানা থবায় য়াম্না নুংঙাইতদুনা কপ্লিবনি।"

বা অসি তাবদা নুপা অসিনা অমুক হায়রকই "অদুদি ইমা, নিংথৌ অসিবু কনবা শুকঙম ঙম্লরোইদ্রা?" মদুদা কৈথেল লাইরেম্বীনা খুম্লকই "কনবদি ঙম্লরোই, অদুবু ঙমগদবা অমদি লৈ। নঙনা কন্নিংলবদি ইমা তাক্কে। বাফম অসি কনা অমত্তদা হায়দোকপা য়াবা নত্তে। নঙনা হেক হায়দোক্লুবদা নঙ হেক্তা নুঙ ওন্দুনা লৈগনি। করিগুম্বা নঙনা হায়দোক্তবা য়াদদনা হায়দোকপা তারবদি নঙগী থবায়না নিংথৌগী লৈমাদা চঙদুনা নুপা ওইনা পোক্কনি। অঙাং অদুনা হেক পোকপগা নুঙ ওন্দুনা লৈরিবা নঙগী নথক্তা অঙাং অদুগী মঙক অদু কল্লুবদি অঙাংগী ঈ অদু নঙোন্দা হেক তাবগা নঙ শোয়দনা হিংগৎলক্কনি।" অদুদি নঙ নিংথৌ অসি কন্নিংলিব্রা হায়না মখাতানা মঙোন্দা কৈথেল লাইরেম্বীনা হংলক্লম্মী।

মদুদা নুপা অসিনা খুম্লম্মী "ইমা, ঐ শিজরবসু ইনিংথৌবু কনবা ঙমগনি হায়রবদি ঐ করি অমত্তা চিংনবা লৈতে।" অসুম্না হায়রকপা অসিদা কৈথেল লাইরেম্বীনা হায়রকই। "ফরে ফরে, ইমা তাক্লুগে নঙ মুন্না তাওকো। হয়েংগী অহিং নোংয়াই য়ৌরকপদা নঙনা খুত্তা থাংশাং অমা পায়রগা নিংথৌনা তুম্লিবা কা মনুংদা ঙাইদুনা লৈরো। মদুদা লিল অচৌবা অমা নিংথৌ তম্না লাক্কনি। লিল অদুনা থোংজিন হেক লাম্সীল্লকপদা নঙনা থাংশাং অদুনা মতুপ তরেৎ থোক্লা কক্কদবনি। অদুগী মতুপশিং অদু ওন্ন-তৈনা, ওন্ন-তৈনা তৌরগা নিংথৌগী কোনুংগী চুরী তাফমদা ফুমগদবনি। অদু লোইরগা নঙনা নিংথৌগী মনাক্তা চঙদুনা য়েংবদা নিংথৌগী মরাইবক্তা ককখিবা লিল অদুগী ঈ খরা তৈরমগনি। লৈরিবা ঈ অদু নঙনা নরৈনা শৎ শৎ অহুম্লক লেকথোক্কদবনি। অদু লেকহৌদ্রগদি নিংথৌ অসি শোয়দনা শিগনি"। অসুম্না তাক্লম্লগা কৈথেল লাইরেম্বী অদু মফম খঙদনা মাঙখ্রে।

থোঙশঙবা নুপা অসিসু কোনুং লোমদা লাক্তুনা নোংঙানবা ঙাইদুনা লৈখ্রে। নোংশু খর খর ঙাল্লক্লে। অদুদগীদি মহাক্লা নুমিৎ তাবা অমুক ঙাইদুনা লৈখ্রে। অসুম্না মতম মথং মথং হৌখিবনা নুমিৎ তারক্লে। নুমিদাং ওইরক্লুবদা চাক ঈশিং চানরগা নিংথৌ অমসুং মীয়াম পুম্নমক লোইনা তুম্নখ্রে।

অদুদগীদি নুপা অসিনা অহিং নোংয়াই য়ৌশিল্লক্লবা মতম অসিদা মখুত্তা থাংশাং পায়দুনা নিংথৌগী তুম্লিবা কা অদুগী মনুংদা লিল অদু লাকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। অসুম্না তৌরিঙৈ অসিদা



লিল অদু থোঙজিন লাম্সীল্লকপদা নিংথৌগী মনাই অদুনা হাৎননবা শেম শারি।

লিল অসিসু পুংফম চপচানা অহিং নোংয়াই য়ৌরকপদা নিংথৌ তম্না চিক্কদবগী লাক্লে। লিল অসিনা থোংজিন হেক লাম্সীল্লকপদা নুপা অদুনা হাৎননবা শেম শারে। কৈথেল লাইরেম্বীনা তাক্লকপা মতুং ইন্না লিল অদু মতুপ তরেৎ থোক্লা কক্তুনা হাৎলগা ওন্ন-তৈনা, ওন্ন-তৈনা চুরী তাফমদা ফুমজিনখ্রে।

অদুদগীদি মহাক্লা পরপ পরপ চঙলক্তুনা নিংথৌগী মরাইবক্তা ঈ তৈব্রা হায়দুনা য়েংবা মতমদা ঈ অদু তৈদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা মহাক্লা ঈ অদু মরৈনা শৎ শৎ অহুল্লক লেকলম্মী। মদুদা নিংথৌ অসি মিকপ থোক্লক্লে। থৌওং অদু উবদা নিংথৌ অদুনা শাউনা থোঙশঙবা নুপা অদুদা হায়রকই "হায় নুপা, নঙনা ঐবু হাৎলগা নিংথৌ খুভম মুনগে তৌরিব্রা?"

নিংথৌগী ৱা অসি তাবদা নুপা অসিনা খুল্লকই 'ইনিংথৌবু হাৎচগে তৌজবা নৎচদে, ইনিংথৌবু কঞ্জগে হায়দুনা তৌজবনি"। অসুম্না হায়রকপা অসিদা নিংথৌনা অমুক্কসু শাউনা হায়রকই "কয়াদা মচিন থীখ্রবনো? মসি য়াম্না ফত্তবা নুপানি। অহিং নোংয়াই অসিদা মীনা তুম্লিবা কাদা চঙলক্লগা ঐবু হাৎনবা হোৎনবা! হায়, কনা কনা লৈবগে? নুপা অসি হৌজিকমক অঙাং ওলহল্লু।" অসুম্না নিংথৌনা মহাক অসি শঙলিংবশিংগী মখুত্তা শিন্নরে।



নুপা অদুদি ৱারী অদু হেক লোইবগা নুঙ ওন্দুনা লৈখ্রে।

মতম অসিদা নুপা অসিনা হায়রকই "ইনিংথৌনা ঐবু থাজদ্রবনিনা ইনিংথৌগী থৱায়বু কঞ্জখিবগী ৱারী অসিমক্তংদি লোয়না লীজরমগে। ঐদি ইনিংথৌনা হাৎত্রবসু ৱারী অসি হেক লোইবগা নুঙ ওন্দুনা লৈখ্রগনি। অদুবু ইনিংথৌনা ঐবু নুংশিবীদুনা অমুক হন্না মী ওনহন্নিংলবদি, মদুগী ৱারী অদুনা হান্না লীজরগে।" অসুন্না হায়জদুনা নুপা অসিনা কৈথেল লাইরেম্বীনা তাক্লকপা পুন্নমক লোইনা নিংথৌগী মফমদা লীরে।

অদুগা নুপা অদুদি ৱারী অদু হেক লোইবগা নুঙ ওন্দুনা লৈখ্রে। মদু উবদা নিংথৌ অসিনা খল্লি "চুম্মী নুপা অসিনা হায়রম্বা"। অদুনদি মহাক্না ঐগী থৱায় কল্লবনিনা ঐনা মাগী থৱায় কল্লগে হায়দুনা নিংথৌ অসিনা মপুক্লিঙদা চপ য়ুংনা খনখ্রে।

মতম খরা লৈরগা নিংথৌগী লৈমদা নুপা অদুগী থৱাইনা ওনখিবা অঙাং অদু নুপা ওইনা পোক্লে। মতম অসিদা নিংথৌনা অঙাং অদুবু হেক পোকপগা থোঙশঙবা মনাই অদুনা নুঙ ওন্দুনা তাদুনা লৈরিবা অদুগী মথক্তা অঙাং অদুগী মঙক অদু কক্লে। অঙাং অদুগী ঈ অদুনা নুঙ অদুদা হেক তাবদা নুপা অদু তুম্মুবগী মতৌগুম্না হৌগৎলক্লে।

অসুম তৌদুনা মনাই অদুনা নিংথৌ অদুবু মথৱাই শিবা পাম্মুদবমখৈ কল্লুবনা নিংথৌ অদুনসু মনাই অদুবু অমুক হিংহনখি। ফমথোল চাউনা পীদুনা নুপা অদু নিংথৌগী খ্বাইদগী থাজবা ফম্নাইবা অঙম্বা অমা ওইখি।

---

# নুপা অহুম



নিংথৌ অদুদা নুপা অহুম অদুনা মখোয়গী অপাম্বশিং হায়রি।

থায়না মমাঙঙৈদা লৈবাক অমমমদগী নুপা অহুমখক লম কোয়নরকপদা লম্লোং অহুম ফাংবা অমদা মখোয় অহুম থেংনরম্মী। মখোয় অহুম্না মাগী মাগী অপাম্বনা করিনো, অদুগী কদায়দা চৎনগদৌরিবনো হায়না হংনরম্মী।

মদুদা অমনা হায়রকই, "ঐদি চাবা য়াম্না পাম্মী অদুনা ঐনা চাগে হায়বদা পিজবা ঙম্বা মী অদুগী মফমদা থবক কন্না শুগে হায়দুনা লাকচবনি"।

অদুদগী অমনা অমুক হায়রকই, "ঐদি শেৎপা য়াম্না পাম্মী, অদুনা ঐনা শেৎকে হায়বদা পিবা ঙম্বা মী অদুগী মফমদা থবক কন্না শুগে হায়দুনা লাকচবনি"।

অদুদগী অতোপ্পা নুপা অদুনা অমুক হায়রকই, "ঐদি জুৱার শান্নবা য়াম্না পাম্মী, অদুনা ঐবু নুমিৎ মঙানিদং জুৱার শান্নহনবা ঙম্বা মী অদুদা থবক কন্না শুগে হায়দুনা লাকচবনি"।

## নুপা অষ্টম

অসুম্না মখোয় মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা হায়দোক্লরবা মতুংদা মখোয় অষ্টম অসি মরুপ শান্নরশি হায়নদুনা মরুপ শান্নরে। অদুদগীদি মখোয়না পাম্মিবা অসি পীবা ঙম্বা মী থিরশি হায়দুনা মখোয় অষ্টম লৈবাক মথং মথং কোয়রক্লে।

মখোয়না অসুম লাকপদা লৈবাক অমা য়ৌরক্লে। মদুদা লৈবাক অদুগী নিংথৌগী মতিক মগুণ হংবদা নিংথৌ অসি মখোয়না পাম্বা পীবা ঙম্বা য়াম্না মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌ ওইরম্লে। মফম অদুদা মখোয় অষ্টম লৈরসি হায়না খন্নদুনা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চংলক্লে। মদুদা নিংথৌনা মখোয়দা করি করি পাম্বগে হায়না হংলম্মী।

নিংথৌগী ৱা অসি তাবদা মখোয়না মথং মথং মাগী মাগী অপাম্বা অদু হায়জরম্মী। অমনা হায়রকই, "ইনিংথৌ, ঐদি চাবা য়াম্না পাম্মী অদুনা ঐনা চাগে হায়বদা ৱাত্তনা পীবিয়ু। অদুগা ঐ থবক কন্না শুজগে"।

অদুদগী অমনা অমুক হায়রকই, "ইনিংথৌ, ঐদি শেৎপা য়াম্না পাম্মী অদুনা ঐনা শেৎকে হায়বদা ৱাত্তনা পীবিয়ু। অদুগা ঐসু থবক কন্না শুজগে"।

অদুদগী অতোপ্পা নুপা অদুনা অমুক হায়রকই, "ইনিংথৌ, ঐদি জুৱার শান্নবা য়াম্না পাম্মী, অদুনা নুমিৎ মঙানিদা ইনিংথৌগা জুৱার শান্নজগে। অদুগা মখোয় অনিনা শুরিবা চাংদগী শরুক অনি হেন্না অহিং নুংথিল নাইদনা শুজগে"। মখোয় অষ্টম্না হায়জবদু নিংথৌনা য়াদুনা মখোয় অষ্টম অসি নিংথৌগী মনাক্তা লৈখ্রে।

য়াম্না চাগনবা নুপা অসিনা নিংথৌগী অরৈবা থবক খুদিংমক নুমিৎ খুদিংগী কন্না শুরম্মী। অদুগা নিংথৌদুনসু মানা চাগে হায়বদা অৱাৎপা লৈতনা নুমিৎ খুদিংগী পীরম্মী। য়াম্না শেৎকনবা নুপা অসিসু নিংথৌগী অরৈবা থবক খুদিংমক নুমিৎ খুদিংগী কন্না শুরম্মী। নিংথৌনসু মানা শেৎকে হায়বা খুদিংমক অৱাৎপা লৈতনা মঙোন্দা পীরম্মী। অদুগী জুৱার শান্নবা পাম্বা নুপা অদুসু অহিং নুংথিল নাইদনা ঙাইহাক্তা ফাওবা পোথাদবমখৈ থবক অসি মখোয় অনিদগী শরুক অনি হেন্না শুরম্মী।

অসুম্না মতম খরা লৈরক্লবা মতুংদা নোংমদি জুৱার শান্নবা পাম্বা নুপা অসিনা নুমিৎ মঙানি অসি জুৱার শান্নজরগে হায়না নিংথৌদা হায়জরম্মী। মদুদা নিংথৌনা য়াবীরদুনা নুপা অসিগা নুমিৎ মঙানি জুৱার শান্নবা হৌরক্লে। অহানবা নুমিত্তা নিংথৌগী অরৈবা সনা, লুপা, মণি, মুক্তা থাবা হৌরক্লে।

অদুদগী অনিশুবা নুমিত্তা সনা, লুপা, মণি, মুক্তা লৈরক্তুদুনা অরৈবা ফিরোল পুন্নমক থাবা হৌরক্লে। মদুদসু নিংথৌনা শেথলিবা ফি অদুগা লৈমশিং অমসুং মচাশিংনা শেথলিবা ফিশিংতা মঙাইরে। অতৈ লোইনা থাদোকখ্রে।

অদুদগী অহুমশুবা নুমিত্তা নিংথৌগী অরৈবা ফৌচেং থাবা হৌরক্লে। মদুদা নিংথৌগী ফৌগৈ চেংগৈ পুন্নমক লোইশিল্লক্লে, কোনুংদা মঙাইরে। মতম অসিদা নিংথৌ অসি য়াম্না শাউরক্লে।

অদুনা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই, "ইনাইশা, মসিগী নুপা অসি য়াম্না ফত্তবা নুপানি। নিংথৌ ঐগী ইপোৎ ইরল অমত্তা লৈরক্ত্রে। অদুনা মসি কুইনা থম্বা য়াবা মী নত্তে। নুমিৎ হুন্নিদা শান্নরিঙৈদা কোনুংদা মঙাইরে, ইপোৎ ইরল পুন্নমক লোইখ্রে। মসিদা নুমিৎ মঙানিগা শান্নহল্লবদি ইতু ইচা নিংথৌ ঐমক জুবারদা লোইনা থাদোকখিবা য়াই। অদুনা নুমিৎ মঙানি শুদ্রিঙৈদা মাবু হাত্তবা য়াদ্রে"। অসুন্না নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌগী মনাইশিংনা নুপা অদুবু নুমিৎ হুন্নিগী নুমিৎ তাশিল্লকপা অদুরাইদা থাঙনা মঙক কক্কুনা মথরাই লৌরে।



জুবার শান্নবদা নিংথৌগী অরৈবা মখৈ লোইনা থাদোকখ্রে, থানিংঙাই করি লৈরিবগে হংলক্ত্রি।

*নুপা অস্থম*

অসুম তৌদুনা নুপা অসিগী নুমিৎ হুন্নিগী জুবারদা মরল মথুম লৈখ্রবা নিংথৌ অসি খাওবা ঙমদ্রদুনা নুপাঅদুবু মনাইশিংনা নুমিৎ মঙানি য়ৌদ্রিঙৈদা হাত্তোকহনখি। অদুগা জুবার হায়বা মশান্ন অসি মী মুৎপা য়াবা মশান্ননি, মসি লৈবাক অসিদা কনামত্তনা শান্নবা য়ারোই হায়দুনা নিংথৌ অসিনা লৈবাক মীয়ামদা লাউথোকখি। অদুগী য়াম্না চাগনবা অমসুং য়াম্না শেৎকনবা মখোয় অনিদি চাবা শেৎপনা মুৎপা লৈতবনিনা নিংথৌনা মখোয় অনিবু চানিংবদা চাহন্দুনা শেৎনিংবদা শেৎহন্দুনা মপুঙ্গী চুপ্পা নুংঙাইনা থম্বীখি।

---

# য়োং অমসুং অঙাং



য়োং অদুনা তুল্লিঙৈদা লিল অদুনা খুদেংদগী ঈশিং থকপা লাক্রি।

থাইনা মমাঙঙৈদা মতৈ-মনাও অমনা য়োং অমা লোইরম্মী। য়োং অসিসু য়াম্না শিংই। মরম অসিনা মখোয় অনিনা য়োং অসিদা মচা শিন্নরল্লগা থবক ইনখাং শুবা নোম্বা চৎলি। অদুগা য়োং অসিনা নুমিৎ খুদিংগী অঙাং অসিবু ঈরুজবিবা অমসুং পিজ পিথক তৌবা অসিনা মহাক্কী মথৌনি।

অসুম্না মতম খরা লৈরক্রবা অসিদা নোংমদি য়োং অসিনা অঙাং অসিবু ঈরুজবিগে হায়দুনা খুদেং অমদা ঈশিং খর হৈরগা ফমহল্লম্মী। মদুদা অঙাং অসিনা হেক ফম্বগা ঈশিং অদুদা মখুৎনা পোপ পোপ থাদুনা শান্নরম্মী। মদু উবদা য়োং অসিসু ঙাইহাক শান্নজরসনু খন্দুনা য়েংদুনা লৈরে। ঙাইহাক অসুম য়েংলম্বদগী য়োং অসিনা উইনিংলক্কুনা উইদুনা লৈথোক্রে।

মতম অসিদা মখোয়গী ইংখোলদা লিল লাবা অমগা মশা লুম্নবী অমোম অমগা লৈরম্মী। মতম অদুদা লিল অমোম অসিনা ঈশিং য়াম্না খৌরাংলক্তুনা লাবা অসিদা হায়রম্মী "ইবুংঙো, ঐ ঈশিং য়াম্না খৌরাংলে। অদুনা অঙাং অসিনা ঈরুজরিবা খুদেং অসিদগী ঈশিং খজিক্তা থকচরুগে"।

অসুম্না হায়রকপদা লিল লাবা অসিনা হায়রকই, "ইবেম্ম, নঙ নশাগা লুম্বনে, অঙাং অসিনা নঙবু পায়দুনা শান্নরক্লবদি নঙ শাউদুনা চিকপিরুগনি। য়ারবদি অতোপ্পা মফম অমদগী থকউচো"।

অসুম্না হায়রকপা অসিদা লিল অমোমনা অমুক খুম্লকই, "ইবুংঙো, ঐ করিসু তৌজরোই, থকচরুগে"। অসুম্না হায়রম্লগা লিল অমোম অদু অঙাং অদুগী মনাক্তা ঈশিং থকপা লাক্লে।

লিল অমোম অদুনা খুদেং অদুদা কাখৎলক্লগা ঈশিং অদু থক্কে তৌবদা অঙাং অদুনা লিল অদুবু পায়রগা খুদেং মপান্দা মকোক অদু তাক তাক থাদুনা শান্নরে। মতম অসিদা লিল অমোম অসি খাঙবা ঙমদদুনা অঙাং অদুদা কোক হেক চিক্লুরে। অদুদগীদি অঙাং অদু মুশুক মুনা কাহত্তুনা শিদুনা লৈরে। অদুগা লিল অমোম অদুদি ঈশিং থক্লগা হনখ্রে।

মতম অসিদা য়োং অসিসু মীৎকপ থোক্লক্লে। মহাক্তা মীৎকপ হেক থোক্লপদা খঙনিং নিংশিংলক্তুনা অঙাং অদুবু য়েংলুবা মতমদদি অঙাং অদুদি মুশুক মুনা কাহত্তুনা শিদুনা লৈরম্লে।

মদু উবদা য়োং অসিনা খল্লি। অঙাং অসি লিলনা শোয়দনা চিক্লম্বা তারে। অদুনদি মপা মমা লাক্লিরৈঙৈদা অঙাং অসি হিংহন্দবা য়াদে। অসুম্না খল্লদুনা য়োং অদুনা শিদয়াই থিবা চৎখ্রে।

অসুম্না তৌরিঙৈ মতম অসিদা নুপা অসিগা নুপী অসিগা থবক শুরুবদগী ময়ুমদা লাক্লে। মখোয়না হেক য়ৌরকপদা অঙাং অদু মুশুক মুনা কাহত্তুনা শিদুনা লৈবা অদু উরে। অদুগা য়োং অদুদি লৈরমদ্রে। অদুদগীদি মখোয় অনিনা মচা অদুবু কোন্দুনা নোং খোংবগুম কপ্তুনা লৈরে।

অসুম্না কপ্লিঙৈ অসিদা য়োং অসিসু য়াই অমা উম্লগা ময়ুম তান্না পরপ পরপ চেল্লক্লে। মদুদা নুপা অসিগা নুপী অসিগনা য়োং অদুবু হেক উবদা শাউমনখিদুনা উতুপ্না থাদুনা হাত্তোক্লে।

মতম অসিদা য়োং অসিগী ময়াদগী ইরং লংবা পোৎ অমা চোংথোরক্লে। মদু উবদা মখোয় অনিনা য়াই অদুবু খুম্লগা অঙাং অদুগী ময়াদা হাপচিনবা মতমদদি অঙাং অদু তুম্মুবগী মতৌগুম্না হৌগৎলক্তুনা ঈশিং অদুদা শান্নদুনা লৈখ্রে।



মচা অদুবু কোন্দুনা নোং খোংবগুম কপ্পি।

মদুদা মখোয় অনিনা খন্নে-অঙাং অসি করিগুম্বা লিল অমনা চিক্তুনা শিরম্বা তারে। মদুদা য়োং অসিনা শিদয়াই থিবা চৎলম্বা তাই। ঐখোয় অসি ৱাখল ওম্হোক্লা থেনখ্রেদা! অসুক কান্নখ্রবা য়োং অসিবু ৱাহং পাউহংদনা মখৈ শাউবনা হেনমন্দুনা হাত্তোকপীরে। কোন্না অচুম্বদু খঙলক্রবসু অশিবদুদি হিংগৎলকউ য়াদবনিনা মতৈ মনাও অনিদু য়াম্না নিংঙমদনা পুক্ষী লেনখি।

---

# নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী ক্বা মকু শেৎপগী নুপী



**মচা অতোনবী অদুনা মখুৎ খুদোম্বীগী মপান্না নুংঙাইবনি হায়রুবগী নিংথৌনা শাউরি।**

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অদুগী মচানুপী তরেৎ লৈরম্মী। নোংমা নিংথৌ অদুনা মচানুপীশিংবু কৌশিল্লগা মখোয় কনাগী মপান্না নুংঙাইবগে হংলম্মী। নিংথৌগী ব্বাদু তাবদা মচানুপী তরুক অদুদি মপাবুংগী মপান্না নুংঙাইবনি হায়না খুল্লম্মী।

অদুগা মচানুপী ইতোন তোনবী অদুনদি মপাবুংগী মপান্না নুংঙাইবা নত্তে, মখুৎ খুদোম্বীগী মপান্না নুংঙাইবনি খুল্লকখি। মচা অতোনবীগী ব্বা তাবদুদা নিংথৌ অদু য়াম্না শাউরে, অদুনা মচানুপী তরুক অদুবুদি অওঙ-অউন য়াম্না তমদুনা ইনাক-কৈরাক খুনবা নুপাশিংদা থাজরে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

মচানুপী অতোনবী অদুগীদি খ্বায়দগী নংবদা মঙোন্দগী হেন্না নংবা লৈরম্লরোই হায়বা নুপা অমা থিরুচো হায়দুনা মনাইশিং থারক্লে। মনাইশিং অদুনা খ্বায়দগী নংবা নুপা অমা কৈথেলদা থেংনবদগী মহাকপু ফাদুনা পুরক্লে।

নিংথৌনা মনাইশিংদা নুপা অদু কয়া অমুক য়াম্না নংবা নুপানো হংলম্মী। মনাইশিংনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ, মঙোন্দগী হেন্না নংবা নুপা লৈরম্লরোই, মানা নংবসি কয়ামুক য়াম্না নংবগে হায়বদা মফি ফাওবা শেৎনীংঙাই লৈতবদগী কৈথেন্দা তাবা ক্না মকু অদু খুল্লগা মফি ওইনা শেৎলি, অতা-অতু খুল্লগা মহাক্কী নোংমগী চরা তম্মী"।

মনাইশিংগী ৱা তারবা মতুংদা নিংথৌ অদুনসু নুপা অদুগী ফীবম হেক উবা মতমদা চুম্লে হায়না খল্লে। অদুদগী নুপা অদুদা মচানুপী অতোনবী অদু লুহোংথোকপীরে। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নোংমগী চরা চারুনবা পোৎলমশিং অমখক্তং নুপা অদুগা মচানুপী অদুগীদমক হাপ্পীরে। নিংথৌ অদুনা হায়বদগী কৈথেল ময়াদা উনাগী খাংপোকশঙ অমা শাবিদুনা মখোয় অনি লৈহনখ্রে।

মতম অসিদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুনা নুপা অদুদা হায়রকই, "ইবুংঙো, ইপা ইবুংঙোনা ঐখোয় অনিগী চরা অমা চাননবনি হায়দুনা পীরকপা পোৎলমশিং অসি চাথোক্লগুমসি, থমজিল্লসি। হয়েং ঐখোয় অনিনা শু-নোম্লগা ফংলকপা অদুনা চারসি।" অসুম্না হায়নদুনা মপাবুংনা পীরকপা পোৎলমশিং অদু ইকায় কায়দনা য়াম্না চেকশিন্না থমজিল্লে।

নোংঙানবগা মখোয় অনিনা শু-নোমদুনা চাবা হৌরক্লে। অসুম তৌনা লৈরকপনা নোংমদি মচানুপী অতোনবী অদুনা কৈথেলদগী পাউ অমা তারক্লম্মী। পাউ অদু তল্লদুনা নুপী অদুনা মপুরোইবদা হংজরকই, "ইবুংঙো, লৈবাক অমগী নিংথৌ অমগী লৈশিংগী মখোঙ শেংবদা শেল য়াম্না পী হায়নৈ, থবক অদু শুবীরুগেরা?"

মপুরোইবা অদুনসু থবক অদু শুরুগে হায়রে। অদুদগী অতোনবী অদুনা মপুরোইবনা পুননবা পোৎয়োম চেংয়োম থৌরাং তৌরবা মতুংদা নুপা অদুনা লৈশিংগী মখোঙ শেংবা চৎখ্রে।

মতম খরা লৈরগা নিংথৌগী মচানুপী অদুনা মমাঙঙৈদা মহাক্কী মপা মপুশিংনা য়ুম্বী ওইনরম্বগী অতেকপা আগর হায়বা উ অদু লৈনুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা থেংনরে। মহাক্না মদু ফুক্তোক্লগা খায়-খায়দুনা শীং থানরম্মী।

### নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী ক্লা মকু শেৎপগী নুপী

মতম অসিদা লৈবাক অমাগী নিংথৌ অমা মশাদা লাইথুং থুংলম্মী। মাইবা মাইবী কয়ানা য়েংবদা ফবা ঙমদ্রবদা আগর হায়রিবা উ অদুনা তক্কুনা তৈরবদি ফগনি হায়রবদা নিংথৌ অদুনা মনাইশিংবু সনা হিপোৎ লুপা হিপোৎ পুহন্দুনা উ অদু থিবা হৌরক্লম্মী।

মখোয়না অসুম লাকপনা নিংথৌ মচানুপী অতোনবী অদুগী মফম য়ৌরকপা মতমদা আগর মৈ থাবগী মনম ফাওরক্লম্মী। মখোয়না অসুম থিরকপা মতমদা নিংথৌ মচানুপী অতোনবী অদুনা আগরনা শীং ওইনা মৈদা থারিবদু থেংনরুরে, অদুদগী মখোয়না হংলকই, "ইবেম্মা আগর অসি ঐখোয় পুজখ্রগে, মমল কয়ানো?"



"আগর অদু ঐখোয়দা পীবিরো। ঐখোয়না পুরক্লিবা সনা-লুপা ময়াম অসি থমজরল্লগে।"

নুপী অদুনা খুল্লকই, "তাদখোয়, মমল নাইজদে।" মনাইশিং অদুনা হায়রকই, "ফরে অদুদি ইবেম্মা আগর অসি ঐখোয়দা পীবীরো, ঐখোয়না পুরক্লিবা সনা-লুপা ময়াম অসি থমজরল্লগে।" অসুম্না মখোয়না পুরকপা সনা-লুপা ময়াম অদু থনল্লগা আগরশিং অদু খোল্লগা পুখ্রে।

অদুদগী নিংথৌ মচানুপী অতোনবী অদুনা সনা-লুপা ময়াম অদুনা শানিং-শানিংবা ফুরা-দলানশিং শারদুনা কোনুংগুম্না লৈরক্লে। মনাই মশনশিংসু থল্লদুনা নুংঙাইনা নুপী অদু লৈরক্লে।

অসোমদনা মপুরোইবা অদুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌদা লৈ কৎপী অহল ওইরবী নুপী অমগী ময়ুমদা লৈদুনা নুমিৎ খুদীংগী লৈশিংগী লৈখোং শেংলম্মী।

নোংমদি নিংথৌ অদুনা লৈকোন অদুদা য়েংবা লাকপদা নুপা অমনা মহাক্কী মনাদা লৈহাউ অমা চিনবা উরম্মী। লৈহাউ অদু উবদগী নিংথৌ অদু য়াম্না শাউনা কোনুংদা হনখ্রে।

নোংঙাল্লকপদা লৈ কৎপী নুপী অদুনা হান্নগুম নিংথৌদা লৈ কৎপা লাক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা নুপী অদুদা য়েংলদুনা হায়রকই, "ইবেন, লৈশিং অদু ঐ পামজদ্রে, ইবেন্না লৈখোং শেংবা নুপা অদুদনা ফজবা লৈহাও চিলহল্লগা ঐঙোন্দনা ফজদবা ঙাক্তা পুরক্লীবা করিগীনো?" অসুন্না নিংথৌ অদু য়াম্না শাউরে।

অহল ওইরবী নুপী অদুনা খুন্নকই, "ইনিংথৌ শাউবীগনু, নুপা অসিগী মনাদা চিল্লিবা লৈহাউ অসিদি ঐনা পীবা নৎচদে, মহাক্কী নুপীনা ময়ুমদগী চিনবিরকপা লৈহাউনি। মহাক্লা তুম্বা-চাবা খুদিংমক্তা লৈহাউ অদু থাদোক্কে, থা অহুম শুরক্লবা অসি ফাওবদা লৈহাউ অদু খজিক্তফাওবা খুইথদে।"

পাউ অদু তাবদগীদি নিংথৌ অদু মানা খল্লম্বগা ওন্ন-তৈনরম্বদুনা পুমঙক ঙকখ্রে। করম্বা নুপীনো, যুম্বাক্লোন খঙবী, য়াম্না ফবী, য়াম্নসু শিংবী নুপী শোয়দনা ওইরম্লগনি, নুপী অদু মহাক্কী তালোয় ওইজরবদি কয়াদা নুংঙাইজগনি অসুন্না নিংথৌ অদুনা ৱাখল তৌদুনা লৈখ্রে।

অদুদগী নিংথৌ অদুনা নুপা অদুদা মহাক্কী নুপী অদু পীয়ু, অদুগা মহাক্লা কোনুংদগী অপাম্বা অমা হেক্তা খল্লু, মহাক্তী লায়রবনিনা শোয়দনা য়ারক্কনি অসুন্না হেক্তা হায়রগে নীংলদুনা মহাক্লা মনাইশিং থাদুনা নুপা অদু লৌহল্লুরে।

নুপা অদু উবদা নিংথৌ অদুনা হায়রকই, "নুপা, ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা নিজগে, নঙগী নুপী অদু ঐগী তালোয় ওইজরগে, নঙনা ঐগী কোনুংদগী অপাম্বা পোৎ অমা পীয়ু হায়বদু ঐ পীরগে।" অসুন্না হায়রকপদদি নুপা অদু শ্বায় লাউখিবদগী পাউখুম অমত্তা পীদনা তুমিন্না লৈখ্রে। নুপা অদুনা তুমিন্না লৈবদু নিংথৌ অদুনা উবদা মখা অমুক হায়রকই, "নুপা, নুমিৎ মঙানি ফাওবা খনবীরু।" অসুন্না হায়রকপদুদা নুপা অদু মথৱায় য়াম্না ৱানা, নিংথৌগী চৈরাকসু কিবনা, ৱাখল থোক্তনা অহল ওইরবী লৈ কৎপী নুপী অদুগী ময়ুমদা লাক্লে।

## *নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী ক্বা মকু শেৎপগী নুপী*

মথৱায় নুংঙাইতনা লাকপদু উবদা নুপী অদুনা নুপা অদুদা নিংথৌগী করম্বা সনা য়াথং তাক্লকপগে হংলক্লে। নুপী অদুনা নুপা অদুদা ৱাফম পুন্নমক তল্লে। নিংথৌনি ঙম্মী হায়দুনা মীগী নুপীবু মহাক্কী নুপী ওইরগে হেক মহায়বা, কয়াদা মথোং চাদবা নিংথৌনো অসুন্না নুপী অদুনসু খল্লে।



**"নঙনা নিগদবদি ইনিংথৌগী লুখুম উরেপ মখোঙদা লৈরিবা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদু পীয়ু হায়দুনা নিগদবনি।"**

অদুদগী নুপী অদুনা নুপা অদুদা হায়রকই, "ইবুংঙো অদুগীদমক্তদি ইমানা ফনবা শীনগনি, ৱারুগনু। নঙনা নুমিৎ মঙানি শুবা মতমদা নিংথৌদা অসুন্না হায়য়ু – ইনিংথৌ ইবুংঙো ঐগী নুপী কৎচরগে, ইনিংথৌসু ঐনা পীবিয়ু হায়বা পোত্তু পীগনি হায়দুনা হান্না ৱাশকপীয়ু – অসুন্না ৱাশকহল্লবা মতুংদা নঙনা নিগদবদি ইনিংথৌগী লুখুম উরেপ মখোঙদা লৈরিবা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদু পীয়ু হায়দুনা নিগদবনি, নিংথৌনা পীরক্লবা মতুংদা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তা নুপী অদু য়ুমদগী লৌবিররো হায়দুনা হায়রম্মু। নঙনা খুদোপ অদু পুদুনা চৎলগা নঙগী নুপী অদু লৈকাইদা লোৎহন্দুনা থম্লগা নঙগী নুপীগা চপ মান্নবা অমা থোকহল্লগা মদু নিংথৌদা কৎলু, তম্ফা খুদোপ অদুদি নঙনা থোকউ হায়বদু থোকপনি, নঙ করিমত্তা ৱাগনু।" অসুম হায়রদুনা অহল ওইরবী নুপী অদুনা নুপা অদুদা কুপ্না তাকপীরে।

ৱাসি তাবদা নুপা অদু য়াম্না হরাউরে অদুগা মহাক্না অহল ওইরবী হনুবী অদুদা হায়রকই, "ইমা, করিগুম্বা ইমাগী মপান্দগী থবক পুন্নমক পাঙথোকপা ঙম্লবদি ঐনা ইমাবু ঐগী ইমা শরুা কোঞ্জগনি"।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা নুমিৎ মঙানি শুরক্লে। নুপা অদুনা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা লাক্লে। অহন ওইরবী হনুবী অদুনা তাকপীরকপগী মতুংইন্না নিংথৌনা অমুক্তা ৱাশকপীয়ু হায়দুনা ৱাশকহল্লে।

অদুদগী নুপা অদুনা নিংথৌদা হায়রকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ইনিংথৌগী লুখুমগী উরেপ মখোঙদা লৈরিবা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদু পীবীয়ু।" ৱাসি তাবদা নিংথৌ অদুদি খংপ্রেক খঙলে, ৱাশকখ্রবনিনা পীদবসু য়াদ্রে।

নুপী অদুবু ফংজরবদি তম্ফা খুদোপ লৈত্রবসু য়ারে অসুন্না খল্লদুনা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী থৱায় ওইরিবা খুদোপ অদু নুপা অদুদা পীথোক্লে। অদুদগী নুপা অদুনা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তা নুপী অদু লৌবিরনবা নিংথৌদা হায়জরে, নিংথৌ অদুনসু য়ারে।



নুপা অদুনা ময়ুম য়ৌরকপা মতমদা মহাক্কী ময়ুম খাংপোকশঙ অদু লৈরমদ্রে।

*নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী ক্না মকু শেৎপগী নুপী*

নুপা অদুনা লৈকৎপী অহল ওইরবী হনুবীগী মনাক্তা হল্লক্লে। মহাক্না হনুবী অদুদা হায়রম্লগা, খুদোপ অদুনা উচেক শরবাইগী শগোল অমা থোকউ হায়দুনা থোকহল্লগা মদু তোংদুনা ময়ুম পাংনা লাক্লে।

নুপা অদুনা ময়ুম য়ৌরকপা মতমদদি মহাক্কী ময়ুম খাংপোক শঙ অদু লৈরমদরে। মদুগী মহুত্তা কোনুংগুম্বা থল্লবা মফম অমা ওইনা লৈরম্লে। মদু উবদা নুপা অদু পুংঙক ঙকখ্রে, লম্মাংনরব্রা খল্লে; মহাক্কী য়ুমনা কদাইরাইদা, নুপীনা কদোমদা থিফম খঙদরে।

অদুদগী নুপা অদুনা মফম অদুদা থোঙ ঙাক্লীবা নুপাশিং অদুদা অমুক্তদি হংলগে খল্লদুনা মখোয়গী মনাক্তা লাক্লে। নুপা অদুনা মখোয়দা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী ক্না মকু শেৎপগী নুপী অদু কদাইদা লৈখ্রবগে হংলে।

রাহে অদু তাবদা থোংঙাকপশিং অদুনা উশিত্তে হায়দুনা নুপা অদু ফাজিন্দুনা থল্লে। মখোয়গী মরক্তা অহল অমনা নুপা অদু ফুদি ফুবিরুগনু, নিংথৌ মচানুপী অতোনবীদুদা অমুক্তা হংগৎলুখিগে হায়রম্লগা নুপী অদুগী মনাক্তা লাক্লে। নুপা অমনা অসুম্না হায়রদুনা মহাক্কী নুপী হংলি হায়দুনা অতোনবীদুদা তম্লে।

অতোনবী অদুনা পুশিনবিরকউ হায়রকপদগী নুপা অদু পুশিল্লক্লে। নুপা অদু অতৈ কনাসু ওইরমদরে নিংথৌ মচানুপী অতোনবী অদুগী মপুরোইবা ওইরম্লে। থোংঙাকপশিং অদুনা নুপা অদুদা খঙদদুনা ফুরম্লবদি চোপ্পু চোপ্লমগনি হায়না লৈখি।

অতোনবী অদুনা মপুরোইবগী চান-থক্লবা থৌরাং তৌদুনা পীজ-পীথক্লে। অদুদগী নুপা অদুনা মহাক্কী নুপী অদুদা করম্না অসুম্না ওইরক্লীবনো হায়দুনা হংলে।

নিংথৌ মচানুপী অদুনা থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক লীরে। নুপা অদুনসু মহাক্না অথাপ্পা মফম অদুদা থেংনরকপা থৌদোক পুন্নমক নুপী অদুদা তম্লে। অদুগা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তা লৈকাইদা লোত্তুনা লৈনবা মহাক্না নুপী অদুদা হায়বদগী নুপী অদু লোৎহনখ্রে।

মঙানি শুবা নুমিৎতা নিংথৌ অদুনা নুপী অদু লৌবা লাক্লে। নুপা অদুনা তম্ফা খুদোপ অদুনা মহাক্কী নুপীগা চপ মান্নবা অমা থোকহল্লে। নুপা অদুনা নুপী অদুদা নিংথৌ অদুগী তালোয় ওইদুনা নুংঙাইনা পাল্লুরো হায়দুনা নাম্বীরে।

## *উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং*

নুপী অদুনসু নুপা অদুবু খুরুম্লবা মতুংদা নিংথৌগা লোয়নরদুনা দোলাইদা কোনুংদা হনখ্রে। নুপী অদুদি অশেংবা নুপী নত্তবনিনা নুমিৎ ছুম্নিখক হিংলম্লগা শিখ্রে। নিংথৌ অদুনা মহাক্কী তম্ফা খুদোপ অদুসু পীথোকখিগুম তৌ, নুপীদুসু শিদোকখিগুম তৌ, মহাক্কী অপঙবা মতৌ অদুদা য়াম্না নীংঙমদনা লৈখি।

অসোমদনা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুগা মপুরোইবা অদুগা কোনুংগুম্না লৈরবা অদুগী মথক্তা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদুগী মপান্না থোকউ হায়বদা থোক্তুনা ৱাত্ত-পাদনা নুংঙাইনা পাল্লক্লে। পীজ-পীথক ফৈ, শেলসু য়াম্না পী হায়দুনা মপাবুং নিংথৌগী মনাই পুন্নমকসু মচানুপীগীদা হোৎচিল্লক্তুনা মপাগী মনাই ইরৈ লৈরক্তরে।

পাউ অদু মপা নিংথৌনা তারক্লে। মচানুপী অদুবু ৱানা মপুন্সী লেন্নবা হায়দুনা তৌরগা নুংঙাইখৎলকপা অদুদা নিংথৌ অদু য়াম্না শাউরে। মচানুপীগী ময়ুম অদু ঙসিগী অহিং অসিদা থুদেক্লুনবা শামু হঞ্জবদা য়াথং পীরে।

শামু হঞ্জবদুনা অদু তাবদা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরমদে, ফত্তেদকো মপা নিংথৌসে মচাগী নুংঙাইবা উরগা শাউরিবা নিংথৌসিবো করম্বা নিংথৌনো খল্লদুনা মহাক্লা মচানুপীগী মনাক্তা তুমিন্না চত্তুনা পাউ তম্লুরে।

খুদক্তা মচানুপী অতোনবী, মপুরোইবা অমসুং মনাই মশন পুন্নমক তম্ফা খুদোপ য়াইওইবনা উচেক শরবাইগী শগোল অমা থোকহল্লগা অতোপ্পা মফম অমদা পুদুনা চৎখ্রে। মফম অদুদা খুদোপ অদুগী মপান্না হান্নদগী হেন্না নুংঙাইনা অমুক পাল্লে। অসোমদনা হান্নগী য়ুম অদু অহিং অদুদা উফুল তানা থুদেক্লে।

মতম খর লৈরবা মতুংদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুনা মহাক্কী মপুরোইবদা হায়রকই, "ইবুংঙো, ইপা ইবুংঙোগা ইমা ইবেম্মগা চাক কৌসি," অসুম্না তান্নরবা মতুংদা লৈবাক অমগী নিংথৌনা লৈবাক অমগী নিংথৌ অমবু চাক কৌজরি, লৈবাক অদুগী মীয়াম পুন্নমকসু চিৎথদনা লাকপীয়ু, য়ুমলৈমনা য়ুম শঙবীয়ু অসুম্না মচানুপী অদুগী মনাইশিংনা শগোলদা পাউ পীরে।

অদুদগী মী ময়াম অদুনা চাননবা চাক হাপ্পবা লুপাগী পুখম, ঈশিং হাপ্পবা লুপাগী খুজাই, য়েনশাং হাপ্পবা লুপাগী তেঙ্গোৎ, চান-থরুবা পুন্নমক তম্ফা খুদোপ য়াইওইবদুগী মপান্না ওলহল্লে।

অদুদগী মমা মপানা ফন্ননবা সনাগী মোনদুম-মোনতেক, অঙম-অথৌশিংনা ফন্ননবা সনা লুপাগী ফিদা মতিক চানা থৌরাং তৌদুনা থম্লে।

অসোমদনা, কয়ামুক য়াম্না মতীক-মগুণ লৈবা নিংথৌনো, য়ুমলৈমনা য়ুম শঙঙুকাসু হায়রি অসুন্না মপা নিংথৌদুনা খল্লে। খ্বাইদগী ফজবা ফিজোল শেৎলদুনা মপা-মমা, অঙম-অথৌ, মনাই-মশন অমত্তা চিৎথদনা চাক চাবা লাক্লে। মখোয়না মফম অদু য়ৌরকপা মতমদা তৌরম্লীবা থৌরাং পুন্নমক্তু উরুবদা পুমঙক ঙকখ্রে।

নিংথৌ অসিদি অচম্বা নিংথৌ নত্তে, মতিক ময়ায় লৈবা নিংথৌনি হায়দুনা মখোয় ময়াম ঙাংনরে। চাবা থকপা মতম য়ৌরক্লুনা পুন্নমক নীংথিনা পীজ-পীথক্লে। চাবা থকপা লোইরদুনা মাগী মাগী ফমফমদা অমুক চঙদুনা পোত্থারে।

মতম অসিদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী অদুনা থোরক্লগা মপাবুং নিংথৌ অমদি মমা ইবেম্মবু খুরুম্লে, অদুগী মপা নিংথৌদা হায়রকই, "ইপা ইবুংঙো, নচানা ঙসি চাক কৌজবা অসিদা করিগুম্বা অমত্তা কচ্চনীংঙাই লৈজদে, মমাওঙে ঐবু লুহোংবীথিবা নুমিত্তা নুমিদাংগী চরা চানবা পীরকখীবা পোৎয়োম অদু ঙসি খরা পায়বীখো।"



"ইপাগী ইবেম্মা, নঙনা ইপাগী অপঙবা নাপলবু থুদেক্লুনা ইপা মায়থীরে।"

## ***উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা বারীশিং***

অসুন্না হায়রদুনা ময়োম অদু ইকায় কায়দনা পুথোরক্লে। মচানুপী অতোনবী অদুগী বাঙাং অদু তাবদা নিংথৌ অদু হায়নীংঙাই লৈতনা ইকায়রে। মচাবু ওৎ-নৈখিবা পুন্নমক নীংশীংলুবদা নিংথৌ অদু য়াম্না নুংঙাইরক্লে।

মচানুপীবু নানবীরদুনা মপাইবুংঙো নিংথৌ অদুনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা, নঙনা ইপাগী অপঙবা নাপলবু থুদেক্কুনা ইপা মায়থীরে। ইপাগী মপান্না নুংঙাইবা নত্তে, ইখুৎ খুদোম্বীগী মপান্না নুংঙাইবনি হায়দুনা নহাক্না হায়খিবদু চুন্নে। নচেশিং অদুদি মপানা পীরকপা ঙাইদুনা লৈবদগী করিমত্তা শুদবনা নোংমা নোংমগী নংশিল্লকপনা চরা ফাওবা হেল্লে। ইপানা নঙবু পোক্লবসু শিংবদি নঙনা হেন্দুনা ইপাগী অপঙবা নাপলবু মরু ফংনা থুদেক্লে। মরম অসিনা ইপা য়াম্না পেল্লে। ইপাগী মহুৎ শিন্দুনা নখোয় অনিনা অমনা নিংথৌ অমনা লৈমা ওইদুনা নুংঙাইনা লৈবাক অসি ঙাক্লো।" অসুন্না হায়রদুনা মপা নিংথৌনা মচানুপী অতোনবীদা মপাগী লৈবাক অদু শিন্নরে। অদুদগী অহল ওইরবী লৈ-কৎপী হনুবী অদুসু নিংথৌ মচানুপী অদুগী মপুরোইবা অদুনা লৌরুদুনা অপোকপী মমা শরুা নুংঙাইনা থম্বীরে।

অসুম তৌনা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবীনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা নুংঙাইনা পানখি।

---

# শগোল য়াইশ



**"ঐগী অনাবসিদি ফবা গুম্ররোই, অদুনা ঐদি শোয়দনা শিরগদবনি।"**

থায়না মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অদুগী তালোয় অহুম লৈরম্মী। তালোয় অতোনবী অদুদি হিংচাবী ওইরম্মী। তালোয় অহনখক্তং মচানুপা অমা পোক্লম্মী, অতৈদি পোক্লমদে।

তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদুনা খল্লি, "ইচে অহনদি মচানুপা পোকপনিনা নিংথৌনা শিখ্রগা নিংথৌগী মরল মথুম পুন্নমক মহাক্কী লোয়না ওইখ্রগনি, ঐদি ইচা পোক্তবনিনা করিসু কান্নরোই, অদুনদি অঙাং অসি হাত্তোক্লবা থৌরাং অমা তৌদবা য়াদ্রে"। অসুন্না খল্লদুনা তালোয় অতোনবী অদুনা কন্না নাশিন্নরে।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুন্সা ৱারীশিং

তালোয় অতোনবী অদুদি হিংচাবীনিনা নিংথৌবু তাৎ তৌদুনা শুমহত্তুনা থম্লম্মী। অদুনা নিংথৌনা তালোয়শিংগী মরক্তগী মহাকপু হেন্না লুনা অমদি নুংশিনা তৌরম্মী। নিংথৌনা তালোয় অতোনবী অদু নারে তাবদা মথৱায় য়াম্না ৱারম্মী। থুনা য়াংনা মহাক্না অতোনবীগী মনাক্তা লাক্লম্মী অমসুং করি করম তৌরগা অনাবদু ফগদগে হায়দুনা হংলম্মী।

তালোয় অতোনবীনা খুম্লকই, "ঐগী অনাবসিদি ফবা ঙম্লরোই, অদুনা ঐদি শোয়দনা শিরগদবনি।" পাউখুম অদু তাবদা নিংথৌ অদু অমুক্কা হেন্না ৱারম্মী। অদুদগী অতোনবীদা অমুক হংলকই, "নঙনা শিগ্গবদি ঐদি মাঙলেদনা, অমুক্তংদি হায়যুদনা নঙগী অনাবদুবু করি তৌরগা ফগদগে?"

অতোনবীনা অমুক খুম্লকই, "ইনিংথৌনা য়াবীরক্লোই হায়বগী হায়জদবনি, ঐগী অনাবসি ফগদবা অমখক্তংদি লৈ।" নিংথৌনা অমুক হায়রকই, "নঙগী অনাবদুদবু ফনি হায়রবদি নঙনা তৌ হায়বদু তৌগে হায়দুনা ঐনা ৱাশক্লী"। অতোনবীনা মখা তারকই, "ইনিংথৌনা ৱাশকপীরবনিনা ঐ হায়জগে, ইচানুপা অমখক লৈরিবদু হাৎলগা মহাক্কী ঈ অদুনা ঐগী হকচাং শিনবা থুংনা তৈরবদি ঐগী অনাবসি শোয়দনা ফগনি।"

অতোনবীগী ৱা অদু তাবদা নিংথৌ অদুদি শ্বায় লাউখরে। অদুবু মচাদগী হেন্না নুংশিবা অতোনবীগী অনাবদুবু ফনি হায়রবদি মচানুপাদু হয়েংগী নুমিত্তা হাৎলু হায়দুনা নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পীরম্মী।

নিংথৌগী য়াথং অদু তাবদদি তালোয় অহন অদুদি মথৱায় য়াম্না ৱারে। মহাক্না কোনুংদা লৈবা নিংথৌগী খোঙনেৎশা শামু য়াইশগী মনাক্তা চত্তুনা ৱারী পুম্নমক কপ্পুনা তম্লুরে।

মদুদা শামু য়াইশনা খুম্লকই, "ইবেম্মা, অদুগীদমক্তদি করিসু ৱারুগনু, ঐনা অঙাং অদুবু মী খঙহন্দনা শোয়দনা য়োক্কনি, ইবেম্মনা মীহাৎপশিং অদুদা হুয় অমা পীরগা মদুদগী ঈ লৌহল্লগা ননাও নুপী হিংচাবীদুদা পীহল্লু"। অসুম্না হায়নদুনা অঙাং অদু শামু য়াইশনা য়োকখ্রে।

অদুগা মীহাৎপশিং অদুনা তালোয় অহন্না পীবা হুয় অদুগী ঈ লৌরগা হিংচাবী অদুদা পীরে। অদুদগী তালোই অতোনবী হিংচাবী অদুনা ঈ অদু তৈরগা মতুংদা অনাবা ফরে হায়দুনা হৌগৎলক্লে।

মতম খরা লৈরগা হিংচাবী অদুনা মায়া তৌদুনা য়েংবা মতমদদি অঙাং অদু শামু য়াইশনা য়োক্কুনা লৈবা উরে। অঙাং অদু শিদে, শামু য়াইশনা য়োক্কুনা লৈরে খঙবদগী তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদু অমুক্কা নাশিন্নরে। অতোনবী তালোয় নারে তাবদগী নিংথৌ অদু মথবায় ৱানা মহাক্কী মনাক্তা অমুক লাক্লে অমসুং করি করম তৌরগা অনাবা ফগদগে অমুক হংলে।

মদুদা তালোয় অতোনবীনা খুল্লকই, "ইনিংথৌ, হন্দকমুক্তী হায়জররোই ঐ অসুম শিজরগে।" নিংথৌনা অমুক হায়রকই, "ইবেম্মা নঙনবু ফগনি হায়রবদি ঐ করিমত্তা চিংনবা লৈতে, নঙনা হায়বা পুন্নমক তৌগনি হায়দুনা ৱাশক্লী"।



তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদুনা শামু য়াইশগী ঈ অদু তৈরি।

অতোনবী অদুনা অমুক খুল্লকই, "ইনিংথৌনা ৱাশকপীরবনিনা, ইনিংথৌগী খোঙনেৎ শামু য়াইশ অদু হাৎলগা মহাক্কী ঈ তৈরবদি ঐগী অনাবসি শোয়দনা ফগনি"। নিংথৌনা হায়রকই, "অদুগী ৱা ওইরে, নঙগী অনাবদুনবু ফনি হায়রবদি শামু য়াইশ অদু কোক হেক হাত্তোক্লগা লোইব্রেদনা"।

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

অসুন্না হায়রদুনা হয়েংগী নুমিৎতা শামু য়াইশ অদু হাৎনবা নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পীখ্রে। নিংথৌগী য়াথং অদু শামু য়াইশনসু তারে, অদুগা মহাক্না খল্লি, "পঙডিদা হে নিংথৌ, হিংচাবীগী মায়ানা কুপখিবনা নপোৎ নরল মশক খঙদ্রেদকো, ঐবুদি শিরবসু য়ারে, ঐনা শিগ্রগা অঙাং অসিনা কনানা য়োকহৌগনি" অসুন্না খল্লদুনা শামু য়াইশ অদু মথৱায় নুংঙাইতনা লৈরে।

শামু য়াইশগী অৱাবা অদু শগোল য়াইশনসু তারে। শামু য়াইশগী মনাক্তা লাক্লুনা ৱারোল পুন্নমক শগোল য়াইশনা খঙলে, অদুগা শামু য়াইশদা হায়রকই, "ইতাও, অদুগী ওইরবদি ৱাবীরুগনু ঐনা শোয়দনা অঙাং অদু য়োকহৌগে" অসুন্না হায়নরদুনা অঙাং অদু অমুক শগোল য়াইশনা য়োকখ্রে।



হিংচাবী অসিনা মায়া তৌদুনা য়েংবদা অঙাং অদু শগোল য়াইশনা য়োক্লুনা লৈবা উরে।

শামু য়াইশ অদুদি নিংথৌগী মনাইশিংনা হাপ্তোক্লুনা ঈ অদু হিংচাবী অদুদা পীরে। শামু য়াইশগী ঈ তৈরবা মতুংদা তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদু নাবা ফরে হায়দুনা হৌগৎলক্লে।

মতম খর অমুক লৈরগা হিংচাবী অদুনা মায়া তৌদুনা য়েংবা মতমদদি অঙাং অদু শগোল য়াইশনা য়োক্লুনা লৈরে হায়বসি খঙলে। অঙাং অসিবু মাঙনবা তৌবা অসিদি অরেম্বদা তারে, মহাক্তী শগোল য়াইশনা চাউনবা য়োক্লে, অদুনদি অমুক নাশিন্নরগে হায়দুনা তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদু নাশিন্নখ্রে।

অতোনবী অমুক হন্না নাখ্রে তাবদগী নিংথৌ অদু মথৱায় ৱানা মহাক্কী মনাক্তা অমুক লাক্লে। অদুগা করি করম তৌরগা নাবা ফগদগে হায়দুনা অতোনবীদা নিংথৌনা হংলক্লে। মদুদা তালোয় অতোনবী হিংচাবীনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো হন্দকমুক্তী হংবিরক্লনু, ঐ অদুম শিজখ্রগে"।

নিংথৌনা অমুক হায়রকই, "অতোনবী, নঙনা নাবা ফগনিবু হায়রবদি নঙনা তৌ হায়বা থবক্তু হেক্তা তৌরগে, চিংনদনা হায়য়ু ঐনা ৱাশক্লী।" নিংথৌবু ৱাশকহল্লবা মতুংদা হিংচাবী অদুনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ অদুদি হায়রগে, ইনিংথৌগী খোঙনেৎ শা ওইরিবা শগোল য়াইশ অদু হাৎলগা মহাক্কী ঈ তৈরবদি ঐগী অনাবসি শোয়দনা ফগনি।"

তালোয় অতোনবীগী অনাবদু ফগনিবু হায়রবদি হয়েংগী নুমিত্তা শগোল য়াইশ অদু হাৎনবা নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পীখ্রে। নিংথৌগী য়াথং অদু তাবদা শগোল য়াইশনা মথন্তা খল্লি, "হে নিংথৌ, পঙঙিদকো নঙসে, হিংচাবীগী মায়ানা কুপখিদুনা নশাগী মাঙনবা শিঞ্জরি, হে হিংচাবী মীগী মাঙনবা তৌরগা নশা মাঙঙি হায়বসি খঙদ্রমাল্লে; নহাক্কী মায়া অসি কয়া য়াম্না কুইবগে য়েংগে।"

অসুম্না খল্লদুনা শগোল য়াইশ অদু অঙাং অদু পুরদুনা কনানসু খঙলরোইদবা মফম অমদা চৎখ্রে। অসোমদনা নোং ঙাল্লকপদা মনাইশিংনা হাৎকে হায়দুনা থিরকপদদি শগোল য়াইশ অর্দু লৈরমদরে। শগোল য়াইশ অদু লৈত্রবদি শিবগা চপ মান্নরে হায়দুনা হিংচাবী অদু নাবা ফরে হায়দুনা অমুক হৌগৎলক্লে।

অসুম তৌনা মতম খর হৌখ্রবা মতুংদা শগোল য়াইশনা য়োক্লকপা অঙাং অদু নোংমা নোংমগী চাউরক্তুনা পাখং শারেপ ফারক্লে।

মতম অসিদা লৈবাক অমগী নিংথৌগী মচানুপী অমা মপানা অমদা থাজে য়াদ, অমদা থাজে য়াদ তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্না ময়াদ্রবদা নিংথৌ অদুনা মচানুপীদা হংলকই, "ইবেম্মা, ইপানা মতম চারিঙৈদা অচৌ-অচৌবা নিংথৌমচা কয়াদা থাজবসু নঙনা ময়াদে, নঙবু লুহোংলরোই হায়রীব্রা"?

মপাগী ৱা তাবদা নিংথৌগী মচানুপী অদুনা খুম্লকই, "ইপা ইবুংঙো, ইপা ইবুংঙোনা ফৈ হায়বা নিংথৌমচা অমদা হেক্তা ঐবু থাজবদু ঐদি ইশানা য়াজনিংদে। ঐগী ইপুরোইবদি ঐগী লাইবক্তা তম্বা অমা লাক্কনি। ঐ অসি থোংলোন তরেৎ লোন্দুনা থম্বীয়ু, থোংলোন তরেৎ অসিবু হাংবা ঙম্বা নুপা অদুদা ঐবু লুহোংবীয়ু।"

মচাগী ৱা অদু তারবা মতুংদা নিংথৌ অদুনা মচানুপীবু থোংলোন তরেৎ লোন্দুনা থমখ্রে। অদুগী থোংলোন তরেৎ অদু হাংবা ঙম্বা নুপাদা মচানুপী থাজগনি হায়দুনা লৈবাক লৈবাক খুদীংদা পাউ থাখ্রে। পাউ অদু তাবদা লৈবাক কয়াদগী লাকপা নিংথৌ মচাশিংনা থোংলোন

অদু হাংনবা হোৎনরে। অদুবু কনা অমত্তনা হাংবা ঙম্লক্তরে। তৌরিবা মতৌ অদুদা নিংথৌ অদুদী মথৱায় য়াম্না ৱারে।

অসুম্না তৌরিবা মতৌ অদু শগোল য়াইশনা লাপ্পা উরে, অদুগা মহাক্না য়োক্লীবা নিংথৌ মচা অদুদা হায়রকই, "ইবুংঙো, লৈবাক অমগী নিংথৌগী মচানুপী অমা থোংলোন তরেৎ হাংবা ঙম্বা নুপাদা লৈগনি হায়দুনা তৌরিবা অসিদা কনা অমত্তনা হাংবা ঙমদ্রে, ঐখোয় অনি চত্তুনা হাংলুসি,"। ৱাদু তাবদা নিংথৌ মচানুপা অদুনা হংলকই, "ইপা ইবুংঙো, ঐনা করম্না থোংলোন অদু হাংগদগে?"

শগোল য়াইশনা খুম্লকই, "নঙনা মদুগীদমক্তা করিমত্তা ৱারুগনু, ঐনা পুন্নমক তাক্কনি, নঙনা মফম অদু হেক য়ৌবা মতমদা অসুম্না হায়য়ু - হা ইবেম্মা নিংথৌ মচানুপী, ঐ লাক্লে। অসুম্না হায়রদুনা থোং অদুদা খুৎনা কীৎ কীৎ নম্মু, থোংলোন তরেৎ অদু মথন্তা হাংজখিগনি, নিংথৌ মচানুপী অদু নঙগীদমক্তা তমখ্রবনি, নঙবু ঙাইরিবনি।"

অসুম্না হায়রবা মতুংদা শগোল য়াইশ অদুনা নিংথৌ মচানুপাদু মনঙ্গন্দা তোংহল্লগা নিংথৌ মচানুপী অদুগী মনাক্তা লাক্লে। অদুদগী মফম অদু য়ৌরক্লবদা শগোল য়াইশনা হায়রকই, "ইবুংঙো নঙ চংঙো, ঐদি চৎখ্রগে নঙনা ৱারবা মতমদা ঐবু অসুম্না কৌরকউ – হা ইপা ইবুংঙো শগোল য়াইশ। মদুদা ঐ লাকপগা চপ মান্নগনি।" অসুম্না হায়রম্লগা শগোল য়াইশ অদু চৎখ্রে।

শগোল য়াইশ অদুদি ফত্তববু মাঙহনবা, অফববু য়োকখৎপা লাইগী শায়োন ওইনা তৌবা মান খঙদ-উদবা য়াওদবা শা অমা ওইরম্মী। মদুদগী নিংথৌ মচা অদুনা নিংথৌ মচানুপীগী মনাক হেক য়ৌবা মতমদা শগোল য়াইশনা তাকপীরকপা পুন্নমক তৌরে। অদুদগী থোংলোন তরেৎ অদু মথন্তা হাংজখ্রে।

থোংলোন তরেৎ অদু হাংলে তাবদা নিংথৌ অদু য়াম্না হরাউরে। অদুবু অতোপ্পা নিংথৌ মচা কয়ামুক্না থোংলোন তরেৎ হাংখিবা নুপাদু নিংথৌ মচানি খঙদবনা নিংথৌ মচানুপীদা মহাক্না লুহোংবা য়ারোই হায়দুনা নিংথৌ অদুদা ৱাকৎলে। নিংথৌ অদু মথৱায় অমুক ৱারে।

অতোপ্পা নিংথৌ মচাশিং অদুনা হয়েংমক শগোল কাংজৈ শান্নজগে অথোইবা অদুনা নিংথৌ মচানুপী লুহোংবীয়ু হায়দুনা নিংথৌ অদুদা ৱাকৎলে। পাম্বৈ লৈতবদগী নিংথৌ অদুনসু শগোল কাংজৈ হয়েংমক শান্নবা তারে হায়দুনা লাউথোক্লে।

মতম অসিদা নিংথৌ অসিনা থোংলোন তরেৎ হাংখিবা নুপা অদুদা হংলকই, "ইবুংঙো নঙবু করি লৈবাক্তগীনো, করম্বা নীংথৌগী মচা মশুনো, হয়েং শগোল কাংজৈ শান্নগনি হায়বসিদা নঙ শোয়দনা য়াওগদবনি, নঙগী শগোল লৈত্রগনা ঐগী শগোল শঙদগী অপাম্বা অমা খল্লু।"

নিংথৌ মচা অদুনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ঐগী শগোল লৈজে, ঐ শগোল অদু লৌজরুগে" অসুম্না হায়রম্লগা মহাক শগোল লৌবা চৎখ্রে। মহাক্না খর চৎলগা হা ইপা ইবুংঙো শগোল য়াইশ হায়দুনা হেক কৌরকপদা শগোল য়াইশ অদু মমাঙদা চপ হেক্তা লেপ্লরে। অদুগা নিংথৌ মচানুপা অদুনা মরম পুন্নমক শগোল য়াইশদা তম্লে।



শগোল য়াইশ তোংদুনা নিংথৌ মচানুপা অদুনা কাংজৈ শান্নরি।

মদুদা শগোল য়াইশনা খুম্লকই, "ইচাশিদি, মদুগীদমক্তা নঙ করিমত্তা ৱারুগনু, ইপা লৈরি, ইপা-ইচা চঙদুনা শগোল কাংজৈ অদু শান্নরগা লোইরে। ঙসিদি ইপা ৱারী অমা লীগে। নঙ মুন্না তাউ। নঙ অসি ঐনা পোকপা ইচা নত্তে, নঙদি নিংথৌগী মচানি। নঙগী নমাগা লোন্নবা নমা অমগা অনি লৈ। ইতোন তোনবী অদুদি হিংচাবীনি। মহাক্না নঙবু কল্লক্তুনা হাৎনবা হোৎনরকপদগী ইপানা নঙবু য়োকখিবনি। নপাবুং অদুদি হিংচাবী অদুগী মায়ানা কুপখিদুনা অমম্বা পুক্সী অমদা লৈখ্রবনি। নঙনা হয়েং কাংজৈ শান্নবা লোইরবা মতুংদা নিংথৌ মচানুপী অদু থাজরগে হায়রক্লবদি নঙনা ইপা ইমা খঙহল্লখীগে হায়দুনা য়ারোইদবনি। অদুদগী ঐখোয় অনী চত্তুনা নমাতোন হিংচাবীদু হাৎলগা নপাবুংগী অমম্বা কোকহল্লবা মতুংদা নপাবুংগা নমাগা শক খঙনরগা চাউনা নিংথৌ মচানুপী অদুগা লুহোংগদবনি। নমাতোন হিংচাবীদু হাৎনবা থৌরাং পুন্নমক লাঙদুনা থম্লবনি"।

## উমাইবী অমসুং অতে ফুঙ্গা বারীশিং

অসুন্না লীরবা মতুংদা শগোল য়াইশ অদুনা ময়াং য়াম্না কংবা শগোল অমা ওল্লদুনা তুরোই ঙাম্লোই মখোয় অনি নিংথৌ মচানুপীগী কোনুংদা শগোল কাংজে শানবা চৎখ্রে। নিংথৌ, লৈমা অমদি মচানুপী পুন্নমক শগোল অদু উরুবদা মথৱায় য়াম্না ৱারে। শগোল অদু শিন্দোক্লবা হায়রকপদা নিংথৌ মচানুপাদুনা ময়াদরে।

ঙাইহাক লৈরগা শগোল কাংজে য়েংননবা মীয়াম তিনখৎলক্লে। মতম অসিদা নিংথৌ মচানুপা অদুনা মাগী কংখ্রবা শগোল অদুগা লোইননা কাংজে শান্নগদবগী কাংজেবুংদা থোক্লক্লে। শগোল অদুনা মখোঙ ফাওবা থাংবা ঙমদনা তুরোই ঙাম্লোই চৎপা অদুদা তিল্লিবা মীয়াম অদুনা ফাক ফাক লাউনা নোকশিল্লে।

অতোপ্পা নিংথৌ মচাশিংনসু ময়াং অসুক কংখ্রবা শগোল অসিনা কাংজে থোইবা হৌনদে, মখোয়না শোয়দনা নিংথৌ মচানুপী অদু লৌরগনি হায়দুনা মুক্তুনা লৈখ্রে। তৌরিবা মতৌ অদু উবদা নিংথৌ অদুদি মথৱায় ৱাবনা লোইরে। অদুদগী কাংজে হেক হৌবগা শগোল য়াইশনা ওনবা কংখ্রবা শগোল অদুনা মখোঙনা কাও-কাওদুনা য়ৌরমদাই খজিক্তা ঙায়রবা মতমদা নিংথৌ মচানুপাদুনা কাংজৈনা কাংদ্রম অদু থোমদুনা পাঞ্জন চনবা হৌরক্লে।

অতোপ্পা শগোলশিং অদুনা অমুক্তা ফাওবা কাংদ্রম অদু ফংখিদ্রে। অসুন্না শান্নরকপনা নিংথৌ মচানুপা অদুনা কংখ্রবা শগোল অদুগা লোয়নরগা পাঞ্জন মঙা/তরা চনশিনখ্রে। কাংজৈ অদু নিংথৌ মচানুপা অদুনা থোইরে। লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্লা শগোল অদুদি লাইনি হায়দুনা থাগৎনখ্রে।

অদুদগী কাংজে শান্নরবা মতুংদা নিংথৌ অদুনা মচানুপী অদু নিংথৌ মচানুপা অদুদা পীরগে হায়রক্লম্মী। মদুদা নিংথৌ মচানুপা অদুনা মপা মমা অমুক্তা খঙহল্লুখিগে হায়রম্লগা মহাক্না শগোল অদুগা লোয়ননা চৎখ্রে।

খরা চৎলবা মতুংদা শগোল য়াইশ অদুনা নিংথৌ মচানুপা অদুবু চাকনিবগী ফিজোন শেৎহল্লে। অদুগা হিংচাবী অদুগী থৱায় ওইরিবা লীরুং অমদি তুম্বা অনি অদু খাউ অমদা হাপচিল্লগা মহাক্না তৌরুগদবা পুন্নমক শগোল য়াইশনা তাকপীরবা মতুংদা চাকনিবা শারদুনা নিংথৌ মচানুপাদু মহাক্কী মপাগী কোনুংদা চঙহনখ্রে।

মতম অসিদা চাকনিবা অমা লাক্লে খঙবদগী হিংচাবী অদুনা করিগুম্বা খরা হাপ্নবা থোরক্লে। চাকনিবা অদুনা মহাক্তী নুপীনা হাপ্পা পোত্তী লৌদে হায়রকপদগী হিংচাবী অদুনা নিংথৌদা তম্লুরে। মদুদা নিংথৌ অদু ওইনা পোৎ খরা চাকনিবদুদা হাপ্নবা অমুক থোরক্লে।

মতম অদুদা চাকনিবা অদুনা নিংথৌ অদুদা হায়রকই, "ইনিংথৌ ঐদি পোৎ-চৈ নিবা লাকচবা নৎচদে, ইনিংথৌগী মফমদা ৱারী অমত্তা লীজগে লাকচবনি"। অসুন্না হায়রকপদা নিংথৌ অসিনা চাকনিবা অদুগী ৱাঙাং হেক তাবদা য়াম্না নুংশিরে।

নিংথৌনা ৱারী লীবা য়াগনি হায়দুনা চাকনিবদুদা হায়রক্লে চাকনিবা অদুনা অমুক হায়জরকই, "ইনিংথৌ ঐবু ৱারী লীবিয়ু হায়রবদি লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্তা শগোন্না পাউ চেনবীয়ু অদুগা ঐনা ৱারী লিবগী ফমফম অদুসু শগাই মথোন তরেৎ শাবীয়ু" অসুন্না হায়রকপদু নিংথৌ অদুনসু য়ারে, মনাইশিং থাদুনা শগোন্না লৈবাক মীয়ামদা পাউ চেল্লে।

শগায় মথোন তরেৎ অদুসু শারে। মতম অসিদা চাকনিবা নুপা অমনা ৱারী লীগদৌরি হায়দুনা নুপা-নুপী খোঙতেক মীত্তাং পুন্নমক শুনা তিল্লে। মতম অসিদা চাকনিবা অদুনা নিংথৌদা তালোয় অতোনবী অদু মমাঙদা ফমহনবীনবা হায়জরকপদগী অতোনবী অদু খ্বাইগী মমাঙদা ফমহল্লে।

অদুদগী চাকনিবা নুপা অদুনা ৱারী হৌজরগে হায়দুনা নিংথৌ অমদি মীয়াম্বু খুরুম্লগা শগাই মথোন তরেৎ অদুদা কাখৎখ্রে। ইনিংথৌ অমদি লৈবাক মীয়াম পুন্নমক তাবীয়ু হায়রদুনা চাকনিবা অদুনা অসুন্না ৱারী লীবা হৌরক্লে। নিংথৌ অমগী তালোয় অহুম লৈরম্মী। অতোনবী অদুদি হিংচাবীনি। অহন অদুদি মচানুপা অমা পোকই, অতৈদি পোক্লমদে। মচানুপা অমখক পোকপদু কল্লকপদগী হিংচাবী অদুনা হাৎনবা নাশিন্নরে। নিংথৌনা অঙাং অদু হাৎনবা হায়রকপদগী তালোয় অহন অদুনা মচা অদু শামু য়াইশদা য়োকহনখ্রে। অদুদগী খরা লৈরগা শামু য়াইশসু হিংচাবী অদুনা হাৎনবা হায়রকপদগী হাত্তোক্লে। অদুগা অঙাং অদুনা শগোল য়াইশনা অমুক য়োকহৌরে। শগোল য়াইশদুসু হাৎনবা হিংচাবীদুনা হায়রকপদগী শগোল য়াইশ অদুনা অঙাং অদু পুরগা অথাপ্পা মফম অমদা লোৎখ্রে। অঙাং অদু হৌজিক্তী পাখং শারেপ ফারে। অদুগা হৌজিক হিংচাবী অদুগী মথক্তা লমন খুম্বা লাক্লে। অসুম্না হায়রদুনা চাকনিবা অদুনা মহাক্লা পুরকপা খাউ মনুংদগী লীরুং পুথোক্তুনা মীয়ামদা য়েংবীয়ু হায়দুনা লাউরক্লে, তালোয় অতোনবী হিংচাবী অদুদসু য়েংহল্লে।

## ঊমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা বারীশিং

মদু উবদা হিংচাবী অদুদি মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা তু খ্যাউ চুংখ্রে। অদুগা হিংচাবী অদুনা মঙোন্দা লীরুং অদু শীন্নরক্লবা চাকনিবা অদুদা লাউরক্লে। অদুদগী হিংচাবী অদু মীগী শক্তমদা লৈবা য়ারক্তবদগী কি-তুক্কৎচরবা অশেঙবা হিংচাবীগী শক্তমদা ওল্লক্লুনা মশম মনা ইফা-ফারদুনা চাকনিবা নুপা অদুবু হাৎকদবগী শগাই তন্না পাইশিনখ্রে।



তুম্বা অদু পোপ লাউনা থুগাইবা মতমদদি হিংচাবী অদু মশম মনা ইফা ফানা শগাই মখোংদা শিরে।

অদুদগী চাকনিবা শারিবা নিংথৌ মচা অদুনা লীরুং অদু পেক লাউনা থুদোকপা মতমদদি হিংচাবী অদু মখ্বাঙ তেক্লুনা শোরো শোরো চিংদুনা লৈরে। অদুদগী নিংথৌ মচা অদুনা খাউ মনুংদগী তুম্বা অদুসু পুথোক্লে, অদুগা মসিসু য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু হায়রদুনা মীয়াম মমাঙদা লাউরক্লে। হিংচাবী অদুনা তুম্বা অদুতদি মঙোন্দা শিন্নবিয়ু হায়রদুনা শগাই তন্না শোরো-শোরো পাইশিনখ্রে।

অদুদগী নিংথৌ মচানুপা অদুনা তুম্বা অদুগী মচীন অদু শুগাইবা মতমদা হিংচাবী অদুগী ময়া কুম্থ্রা অদু খ্যাউ লাউনা কেল্লে। মথংদা অমুক তুম্বা অদু মহাক্না পোপ লাউনা থুগাইবা মতমদদি হিংচাবী অদু মশম মনা ইফা ফানা শগাই মখোঙদা শল্লগা তাদুনা শিরে।

তৌরিবা মওং অদু উবদা তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক্তী পুমঙক ঙকখ্রে। নিংথৌ অদুসু ইঙক ঙক্লদুনা হিংচাবী অদু মাগী নুপী ওইনা লৈরম্বদুদা ইকায়বনা লোইখ্রে। অদুদগী নিংথৌ মচানুপা অদুনা শগাইদগী কুমথরক্লুনা মপাবুং নিংথৌবু খুরুম্লে। নিংথৌ অদুনসু মহাক্কী মচাদুনি খঙলকপদগী মচাবু কোল্লগা কপখ্রে। অদুগা নহালমখৈ হিংচাবী অদুগী মায়ানা কুপ্পুনা অমম্বা পুন্সী অমদা লৈরুরে হায়দুনা নিংথৌ অদুনা য়াম্না নীংঙল্লক্লে।

পুন্নমক অসিসু শগোল য়াইশনা কোকহনবনি, মহাক কদায়দা লৈ হায়দুনা নিংথৌ অদুনা মচানুপা অদুদা হায়জরক্লে। মতম অদুদা মচানুপা অদুনা হা ইপা ইবুংঙো শগোল য়াইশ হায়দুনা কৌরকপদা শগোল য়াইশ অদু নিংথৌ মচানুপাদুগী মমাঙদা চপ লেপ্লরে।

নিংথৌনা শগোল য়াইশবু হেক উরুবদা কপ্পুনা চেনশিল্লক্লে, অদুগা মখোঙ কোল্লদুনা হায়রকই, "শগোল য়াইশ নহাক অসি অচম্বা শা নত্তে, লাইনি, নহাক্লা ঐবু হিংচাবীগী মায়ানা কুপখ্রবা থম্মোয় অসিবু কোকহনবিগে হায়দুনা লাইনা শায়োন তৌরকপনি হায়বা ঐ খঙজরে, ঐনা খঙদদুনা ঐগী নুংশিজরবা শামু য়াইশ হাৎহনখিবা, ইতু ইচা অমসুং শগোল য়াইশ নহাকপু ওৎ নৈখিবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু।" অসুম্না হায়রদুনা নিংথৌ অদুনা শগোল য়াইশ অদুদা খুরুম্লে।

নিংথৌগী ব্রা তাবদা শগোল য়াইশ অদুনসু মহাকপু ঙাকপীরে। মচাবু শিরম্লগনি হায়দুনা মথব্রায় ব্রানা লেপ্লকপা নিংথৌগী তালোয় অদুসু মচাবু অমুক উজবা ফংবদুদা য়াম্না হরাউরে, অদুগা শগোল য়াইশ অদুবুসু লাইমক্সী খল্লদুনা খুরুম্লে।



অওঙ-অউন চাউনা তমদুনা নিংথৌ মচানুপাদুগা নিংথৌ মচানুপীদুগা চাউনা লুহোংলে।

## উমাইবী অমসুং অতে ফুসা ৱারীশিং

অদুদগী নিংথৌ মচানুপা অদুনা অতোপ্পা লৈবাক অমগী নিংথৌগী কোনুংদা থোকখিবা ৱারী পুন্নমক মপা নিংথৌ, মমা লৈমদা তম্লে। মচাগী ৱা তারবা মতুঙদা নিংথৌনা লুচিংলদুনা মীয়াম পুন্নমক অতোপ্পা লৈবাক অদুদা চত্তুনা নিংথৌ মচানুপী অদুগী লুহোংবা চৎখ্রে। লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুনসু নুপা অদু নিংথৌ মচা ওইরম্বা অদুদা য়াম্না হরাউজরে। অওঙ-অউন চাউনা তমদুনা নিংথৌ মচানুপাদুগা মচানুপীদুগা চাউনা লুহোংলে।

অসুম তৌনা ফংখিদ্রবা হিংচাবী অদু হাত্তোকখ্রবা মতুংদা শগোল য়াইশগী মপান্দগী নিংথৌ অদু মহাক্কী নুপী, মচা অমসুং মমৌশিংগা লোইননা নুংঙাইনা অমুক পানখি। মীবু কল্লক্তুনা মাংনবা তৌরুবা মীদি মমৈথংদা মশা ওইনা মাঙজখি।

---

# লুখ্রাবী মমা মচা



**"ইমাগী মতেং ওইনবা আদা উমং অমা লৈরিবা অসিদা শীং চনবা চৎলুগে।"**

থায়না মমাঙণ্ডৈদা লুখ্রাবী মমা মচা লৈরম্মী। লুখ্রাবী নুপী অসি য়াম্না নহা ওইনা লুখ্রা ওইহৌই। নুপী অসিনা মচা অপীকপা অসিবু চাউননবা য়োকপা তারম্মী। মরম অদুনা নুপী অসিনা অহিং নুংথিল নাইদনা থবক শুদুনা মচাবু চাউনবা য়োক্লম্মী। মহাক্না অসুম তৌদুনা য়োক্লকপনা মচা অদু পাখং ফারক্লে।

মমানা অহিং নুংথিল নাইদনা শু-নোমদুনা মাবু চাউনবা হোৎনরকপা অসিদা মচানুপা অসিনা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাকসু করি শুরগা মমাগী মতেং পাংসিগে খল্লম্মী। মরম অসিদগী মহাক্না মমাদা হায়রম্মী, "ইমা, ঐ ইমাগী মতেং ওইনবা আদা উমং অমা লৈরিবা অসিদা শীং চনবা চৎলুগে?"

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুসা রারীশিং

মচাগী ব্রা তাবদা মমানা খুল্লকই, "ইবুংঙো, ইমানা নঙগীদমক হোৎনরিবা পুন্নমক অসিদা ইমাগী অব্রাবা করি অমত্তা লৈতে। নঙনা চৎথোকখ্রগা ইমা লৈহৌবা ঙম্লোই। নঙবু ইমানা হোৎনরিবা অসিদা করি অব্রাৎপবু য়াওবগে ইমাদা অদুদুম হায়য়ু। ইমানা নঙগী পেন্নবা হোৎনগনি। নঙনা পেল্লগা ইমাগী অপেনবনি।"

মমানা অসুন্না হায়রকপা অসিদা মচানুপানা অমুক খুল্লকই, "ইমা, ইমানা ঐগীদমক হোৎনবিরিবা অসিদা ঐ করি অমত্তা অব্রাৎপা লৈতে। ইমানা হোৎনবিরকপদগী ঐ হৌজিক্তি পাঙ্গল চাউরক্লে। অদুনা ইমাবু হৌজিক্তি পোখাহনবা পাম্নক্লে। অদুননি ঐনা ইমাদা ঐ শীং চনবা চৎলুগে হায়রিবসি। ইমানা য়ুমদা অমুক পোখাবিরো। ঐনা অমুক ইমাগী মহুৎ শিন্দুনা থবক শুরগে।"

মচাগী ব্রাসি তাবদা মমানা মসিদি খাম্বা য়াররোই খল্লদুনা মচাদা হায়রকই, "ফরে, ইচানা শীং চনবা চৎলুগে হায়বদু চৎলুরো। নঙগী চান-থক্লবা ঐ থৌরাং তৌরগে।" অসুন্না হায়নদুনা মচানুপা অদু শীং য়ানবা চৎখ্রে।

সোমদনা মমা অসিনা মচানা হল্লক্লগা চানবা থক্লবা পুন্নমক থোংবা থাকপা লোইরদুনা মচাবু লাকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। অসোমদনা মচানুপা অসিনা শীং ওইবা য়াবা অশংবা উশিংবুনা য়াম্থৎলগা থল্লম্মী। অকংবা উনা মমানা কৈথেলদা য়োন্নবা হায়দুনা মানা পুবা ঙম্বা শেমদুনা ময়ুমদা পুরক্লম্মী। শীংশিং অদু য়োল্লগা মমা মচাগী চান-থক্লবা পুন্নমক কৈথেলদগী লৈরকই।

মমা মচা অনিনা অমগা অমগী অঙম্বা মতেং পাংনদুনা নুংঙাইনা হিংননবা হোৎনরিবা মওং অদু তেংবানবা মপুনা উরে। তেংবানবা মপুনা মখোয় অনি অসিবু নুংঙাইহন্দবা য়াদ্রে হায়না খল্লদুনা মচানুপা অদুবু চাংয়েং অমা তৌবা হৌরে। তেংবানবা মপুনা মখোল য়ান্না নুংশিবা ক্লাক অচৌবা অমগী শক্তম লৌদুনা উমং অদুদা লাক্লে। ক্লাক অসিনা য়াম্থৎলগা তুদুনা লৈরিবা উশিং অদুগী মথক্তা ক্লাক ক্লাক হায়না খোংলদুনা কোয়না পাইরম্মী। মদুদা তুদুনা লৈরম্বা উশিং অদু অমুক হান্নগী মফমদা লোয়না হৌহল্লে।

নোংঙাল্লে। হান্নগুন্না মচানুপা অসিনা উমং অদুদা শীং য়ানবা লাক্লে। মহাক্লা লাকপা মতমদদি মানা হান্না য়াম্থত্তুনা থল্লম্বা উশিং অদু লোয়না হৌদুনা লৈরল্লে। মদু উবদা মহাক পুমঙক ঙকখ্রে।

## লুখ্রাবী মমা মচা

মদুদা মহাক্না খল্লি — ঐনা ঙরাং য়াম্থক্তুনা থল্লম্বা উশিং অসি হান্নগী মফমদা হৌদুনা লৈরল্লিবা অসিবু ঐবু ঙরাং শীং য়াল্লম্বরা য়াল্লমদবরা? অসুন্না খল্লদুনা মঙোন্দা চিংনবা পোক্লক্লে।

অদুদগী মহাক্না অহৌবা উশিং অদু অমুক য়াম্থৎলগা অকংবা খরা থিদুনা ময়ুম তম্না লাক্লে। মহাক্না উমং লাম্থোকখ্রবা মতুংদা ক্বাক অচৌবা অসিনা অমুক পাইরক্লে। অদুগা ঙসাই য়াম্থৎখিবা উশিং অদুগী মথক্তা ক্বাক ক্বাক খোংলদুনা কোয়পাই পাইবা মতমদদি উশিং অদু হান্নগুম্না হৌদুনা লৈরে।

নোংঙাল্লে। অমুক হান্নগুম্না মচানুপা অসি উমং অদুদা শীং য়ানবা লাক্লে। মদুদসু ঙরাং য়াম্থৎলম্বা উশিং অদু হান্নগী ফীভমদা হৌদুনা লৈরম্লে। নুপা অসিনা খল্লি, — মসি কনাগুম্বা অমনা তৌবা ওইরম্বা তারে। অদুনদি ঐ মসি খঙদবা য়াদ্রে। অসুন্না খল্লদুনা মহাক্না উশিং অদু অমুক য়াম্থৎলে। অদুগা মানা অশোঙবা মরক অমদা লোত্তুনা লৈরে।

ঙাইহাক লৈরগা ক্বাক অচৌবা অমা পাইরক্তুনা তুদুনা লৈরিবা উশিং অদুগী মথক্তা ক্বাক ক্বাক খোংলদুনা কোয়পাই পাইবা মতমদদি উশিং অদু হান্নগুম্না হৌদুনা লৈবা উরে। লুখ্রাবী মচা অসি ঙকখ্রে। অদুদগী মহাক্না ক্বাক অসি ফাদবা য়াদ্রে হায়না খল্লদুনা লুম্লগা ক্বাক অদু তান্নদুনা ফারে।

লুখ্রাবী মচা অসিনা ক্বাক অদুদা হায়রকই, "নঙনা করিগীদমক ঐনা য়াম্থক্তুনা থল্লম্বা উশিং অসিবু অমুক হৌহল্লিবনো। ঐগী মায়োক্তা থবক তৌবগীদমক নঙবু ঐনা ঙসি হাৎপা তারে।

লুখ্রাবী মচাগী ব্বাদু তাবদা ক্বাক অদুনা খুম্লকই, "ঐবু হাৎকনু, ঐবু থাদোকউ। উমং অসি ঐগী উমংনি। উমং অসিদা শা উচেক থব্বায় পানবা জিব কয়া মশীং লাকঙমদনা হিংলি। নঙনা নুমিৎ খুদিংগী উশিং অসি য়াম্থৎলবদি তাইবং মপুনা শেম্লিবা থব্বায় পানবা জিবশিং অসিগী লৈফমদি কদায়দা ওইগনি? মরম অদুনা নঙনা অহৌবা উশিং অসি য়াম্থৎকনু। মদুগী মহুত্তা, ঐনা নঙোন্দা থোকউ হায়বদা থোকপা ঙম্বা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা পীরগে। মসিগী মতেংনা নঙনা হেক পাম্লিবা পোৎ খুদিংমক ফংবা ঙমগনি।"

অসি হায়রদুনা ক্বাক অদুনা মাগী য়ানুংদগী তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা ওথোরক্লগা লুখ্রাবী মচা অদুদা পীরম্লগা পাইখ্রে। লুখ্রাবী মচা অদু হান্নগুম্না শীং অকংবা খরা খুম্লগা ময়ুম তম্না লাক্লে।



লুখ্রাবীগী মচানুপাদা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদু পীরল্লগা ক্বাক অদু পাইগ্রে

মহাক্লা ময়ুম তন্না লাকপদা খল্লি, — ঐখোয়বু মীনা কনাসু লৈতবনি হায়না হঙ্গনা লৌবিরি। তাইবং মী অমনা তাইবং মী অমবু অসুন্না হঙ্গনা য়েংবসি চুমদে। অদুনদি ঐ নিংথৌগী মচানুপী অসি লৌবা তাই। অদুগা ইমা লুখ্রাবী অসিগা নিংথৌগা ঙাইশেল ওইহনবা তাই। অসুন্না খন্না খন্না মহাক ময়ুম য়ৌরে।

মচানুপা অসিনা ময়ুম য়ৌরবদা মমা লুখ্রাবীদা হায়রকই, "ইমা, হয়েংগী নুমিত্তা কোনুংদা ঙক্তা চত্তুনা নিংথৌগী মচানুপী অদু ঐগীদমক হায়বীরুচো"।

মদুদা মমা লুখ্রাবীনা ঙক্লা খুম্লকই, "কদায়দগী ইবুংঙো, অসুক লায়রনা পাল্লিবা কনাসু লৈজদ্রবা ইমা ইচাদসু নিংথৌগী মচানুপী করম্না পীরক্কদগে?"

মমাগী বাদু তাবদা মচানুপানা মখা তারকই, "ইমা মদুগীদমক্তা করি অমত্তা বাবীরুগনু। ঐনা শীং চনবা চৎপদা ক্বাক অমনা থোকউ হায়বদা থোকপা ঙম্বা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা পীরকই। অদুনা ইমাগা ঐগগী করিসু অৱাৎপা লৈররোই। অদুননি ঐনা ইমাদা হায়জরিবসে।"

## লুখ্রাবী মমা মচা

ফরে, নওনা অদুম হায়রগদি হয়েংমক নিংথৌগী মচানুপী হায়রুরগে হায়না মমা লুখ্রাবীনা ফোঙদোক্লুনা মমা মচা অনি নুংঙাইনা নোংঙানবা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

নোংঙাল্লে। মমা মচা ওন্তা হৌগৎলে। তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অদুগী মতেংনা মমানা পুনবা পোৎচৈ অমত্তা ৱাত্তনা থোকহল্লে। অদুগা মমা লুখ্রাবী অদুনা নিংথৌগী মচানুপী হায়বা চৎখ্রে।

লুখ্রাবী অদুনা কোনুংগী সনথোং য়ৌবা মতমদা নিংথৌগী থোঙঙাকপশিং অদুনা খান্নগা হংঙি, "লুখ্রাবী, নঙ করি তৌবা লাক্লিবনো?" মদুদা লুখ্রাবীনা খুম্মী, "নিংথৌগী মনাই ইবুংখোয়, ঐ ইনিংথৌ অমুক্তা খুরুমজগে হায়দুনা লাকচবনি।"

অদুদগী থোঙঙাকপশিং অদুনা লুখ্রাবী অদুগী ৱাফম অদু নিংথৌদা হঙ্গৎলুবা মতমদা নিংথৌনা পুশিনবিরকউ হায়রকপদগী থোঙঙাকপশিং অদুনা লুখ্রাবী অদুবু নিংথৌগী মনাক্তা পুশিনবিরে।



লুখ্রাবী নঙ করি তৌবা লাকলিবনো?"

নিংথৌনা লুখ্রাবীবু উবদা হংলকই, "লুখ্রাবী, নঙ ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা লৈবগে?" মদুদা লুখ্রাবীনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ, ননাইনা লাকচবদি অতে অমগী নৎচদে। ইনিংথৌগী ইচা ইবেম্মা অসি ঐগী ইমৌ ওইজরগে হায়দুনা হায়জবা লাকচবনি।"

লুখ্রাবী অসিগী ৱা তাবদা নিংথৌ অদু মৈ হৌনা শাউরে, অদুগা মনাইশিংদা হায়রকই, "ইনাইশা, মাগুম্বা লুখ্রাবীনা নিংথৌ ঐগী ইচাবু মমৌ ওইগে হায়দুনা হায়জবা শারি। উশিত্তেহে নুপীসে, মঙকশম পায়দুনা ইনখো।"

## উমাইবী অমসুং অতৈ মুঙ্গা ৱারীশিং

নিংথৌনা অসুম্না হায়রকপা অসিদা মনাইশিংনা লুখ্রাবী অদুবু মখোঙ লৈপাক্তা তাদবমখৈ মঙকশম পায়দুনা ইম্থোরক্লে। মদুদা লৈমায়দা মমায় উপশিন্দুনা তুশিনবদগী ইহিং নাইহিং শানা লুখ্রাবী অদু ময়ুমদা লাক্লে।

মহাক্না ময়ুম য়ৌরক্লবা মতমদা মচানুপানা হংলকই, "ইমা পীরকপ্রা, করি হায়রকই?" মচাগী ৱা তাবদা মমানা খুম্লকই, "ইবুংঙো, ইমানা ঙরাং কদায়দগী পীরক্কবনো হায়রিবা অদুনি। পীরকপদি লাইরদনা ইমাবু উশিত্তে হায়দুনা ঙকশম পায়দুনা ইল্লকপদা তুশিন্দুনা ইহিং নাইহিং শারিবা অসিনি।"

মদুদা মচানুপানা হায়রকই, "ইমা হয়েংদগা চৎপিরু।" মচাগী ৱা তাবদা মমানা — ইবুংঙো, ইমা চৎপা ঙম্লরোই হায়না খুম্লম্মী। মচানা মখা তানা হায়রকই, "ইমা, চঙশিল্লরবা থবকপু নিংহন্নবা হৌনদে। নিংথৌনা ঐখোয়বু হন্থনা খল্লিবদুসু খলহনগুমসি। হয়েংদংগা হায়দুনা য়েংশি।" ৱাফম অদুদা মমাসু য়ারদুনা নোং ঙানবা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

নোংঙাল্লে। মমা মচা ঙন্না হৌগত্তুনা মমানা কোনুংদা পুদুনা চৎকদবা পোৎলমশিং অদু লাঙলে। অদুগা কোনুংদা মমৌ হায়বা চৎখ্রে।

থোঙঙাকপশিং অদুনা লুখ্রাবী অদুবু উবদা, "লুখ্রাবী নঙ অমুক লাক্লব্রা? ওম্থোক্লা ইকায়বা খঙদেদা! ঙরাংদা নখোঙ লৈপাক তাদবমখৈ নঙকশম পায়দুনা ইনখ্রগা ঙসিসু অমুক লাকইনে," হায়দুনা নোক্লবীরম্মী।

মতম অসিদা লুখ্রাবীনা হায়জরকই, "ইবুংখোয়, হন্দকমুক্তগা অমুক্তা চঙজখিগে।" অসুম্না হায়রকপা অসিদা থোঙঙাকপশিং অদুনা লুখ্রাবীগী ৱাফম অদু নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে। নিংথৌনা পুশিল্লকউ হায়দুনা থোঙঙাকপশিং অদুনা লুখ্রাবী অদুবু নিংথৌগী মনাক্তা পুশিনবীরে।

লুখ্রাবী অদুনা নিংথৌগী মনাক য়ৌরবদা নিংথৌনা হায়রকই, "লুখ্রাবী, নঙ হৌজিক করি হায়নিংঙিবগে?" লুখ্রাবীনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ, ঐনা অমুক লাকচরিবা অসি ঐনা ঙরাং হায়জবা অদুগীনি।" নিংথৌনা খুম্লকই, "ফরে, ঐনা ঙরাং পীররোই হায়দুনা নঙকশম পায়দুনা ইনখ্রবমক্তদা নঙনা অমুক লাক্লবনিনা ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হায়রগে — নিংথৌ ঐগী সনথোংদগী নঙগী থোঙ্গাল ফাওবা সনানা ইঙ্গি শিৎলু। লম্বী য়েৎলোম ওইরোমদা সনাগী চেকপল ঙাকখৎলু।

সনাগী কালোক কোল্লু। অদু ঙম্লবদি ঐগী ইচানুপী পীগনি, ঙমদ্রবদি লুখ্রাবী নমা নচা অনি অঙাং ওনগনি।" অসুন্না হায়রক্লবদা লুখ্রাবী অসি থবায় য়াম্না বানা ময়ুমদা লাক্লে।

মমা লুখ্রাবীনা মাইথোং শুক্না হল্লকপদু উবদা মচানুপানা হংলকই, "ইমা, নিংথৌনা করি হায়রকপগে।" বা অদু তাবদা মমানা খুম্লকই, "ইবুংঙো, ঙরাংদি চুম্না ইল্লকপদনিনা খরা শোকচরবসু ফৈ। ঙসিদি নিংথৌনা ওহোকপা বাবু হায়রকই। মসি ঙমদ্রবদি ইমা ইচা অঙাং ওনগনি হায়রকই।" ইমাদা করি হায়রকইবনো হায়দুনা মচানা মমাদা হংলম্মী। মদুদা নিংথৌনা হায়রকপা বারম পুন্নমক অদু মচাদা লোইনা তম্লে।

নিংথৌনা হায়রকপা বারোলশিং অদু তারবা মতুংদা মচানুপানা মমাদা হায়রকই, "ইমা, অদুগী ওইরবদি করি অমত্তা বাবীরুগনু। নচানা ফনবা লোয়না হোৎনজগনি। নুংঙাইনা চাক চারগা পোত্থাবিরো।"

নুমিদাং ওইরে। মমা মচা চাক ইশিং চারদুনা তুম্বা চঙনখ্রে। মমানা তুমখ্রবা মতম অসিদা মানা অহীং অথেঙবদা হৌগৎলগা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা পুথোক্লুনা মাগী থোঙ্গালদগী কোনুং সনথোং ফাওবা সনানা ইন্দ্রি শিৎলে। লম্বী য়েৎলোম ওইরোমদা সনাগী চেকপল চনখৎলে। সনাগী কালোক কোল্লে। সনাগী চেকপল মথক্তা সনাগী লৈ জাৎ শুনা শাৎহল্লে। লুখ্রাবীগী য়ুম অদুসু কোনুংগুম ওলহল্লে। নিংথৌগা মনাইশিংগনা ফল্লবা মোন্দুম মোম্ভেক থোকহল্লে।

অসুন্না নিংথৌগী অপাম্বশিংদু পাংথোক্লবা মতুংদা মমাবু হৌদোক্লুনা পুন্নমক য়েংহল্লে। মমা অদুনা পুন্নমক অদু উবদা য়াম্না হরাউরে। অসুম তৌদুনা মমা মচা অনি নুংঙাইনা পোত্থখ্রে।

অসোমদদি নিংথৌগী থোঙশঙবশিং অদুনা নোং ঙাল্লি ঙাল্লি তৌরকপা মতমদা লৈরম্লিবা ফিভমশিং অদু উরে। মদু উবদা মখোয় পুমঙক ঙকখ্রে, অদুগা নিংথৌদা চত্তুনা বারম পুন্নমক তম্লুরে।

মতম অসিদা নিংথৌনা খল্লি — লুখ্রাবী মমা মচানা তৌরকইবা শোয়দনা ওইগনি। মসি খল্লদুনা নিংথৌনা মনাইশিংগা থোক্লক্লগা য়েংবা মতমদদি মানা হায়বদগী হেন্না তৌরম্লে। মদুদা নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই, "লুখ্রাবী মমা মচাদা ইচা পীদনা কনাদবু পীরুগদগে?"

## উমাইবী অমসুং অতৈ ফুঙ্গা ৱারীশিং

অসুম্না হায়নদুনা নিংথৌনা মনাইশিংগা লোয়নদুনা লুখ্রাবীগী ময়ুমদা লাক্লে। লুখ্রাবীনা নিংথৌ অমসুং মনাইশিং অদু মতিক চানা শেম শারবা ফম্ফমশিংদা ফমহল্লে। অসুম্না ফল্লবা মতুংদা নিংথৌনা লুখ্রাবীদা হায়রকই, "লুখ্রাবী, নঙগী নচানুপাদা ঐগী ইচানুপী পীরগে। হয়েংগী নুমিত্তা লুহোংলসি"। অসি হায়রম্লগা নিংথৌ অসি কোনুংদা হনখ্রে।

অদুদগী লুখ্রাবী মচা অসিনা হয়েং লুহোংবদা শেৎনবা মমাগী ফিরোল, মশাগী ফিরোল অমদি লুহোংবদা পুনবা পোৎ-চৈ লোয়না অমত্তা ৱাত্তনা থোকহল্লে। নোং ঙাল্লদুনা কোনুংদা লুহোংবা চৎলে। নিংথৌনা অওং অউন চাউনা তমদুনা মচানুপীবু লুখ্রাবী মচা অদুদা লুহোংবীরে।

অসুম্না লুখ্রাবী মমা মচা অদুবু কনাসু লৈত্রবনি হায়না হায়নরম্বা অদু নিংথৌগা ঙাইশেল ওইনদুনা ৱাত্ত-পাদনা কোনুংগুম্না নুংঙাইনা পানখ্রে। হোৎনবা কনবা, লেপ্তনা হোৎনবা অফবা মীদি তেংবানবা মপুনসু থৌজাল্লি। তুংদা ৱাত্ত-পাদনা নুংঙাই য়াইফনা পানবা ঙমহল্লি।

---

# ৱারীদা ঙাওবা নিংথৌ



**নিংথৌ অসিবু পেন্নবা ৱারী লীরি।**

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অসি ৱারী তাবা য়াম্না পাল্লম্মী। মহাক্না কোনুংদা ৱারী লীবা ময়াম অমা কৌখত্তুনা ৱারী লীহল্লম্মী। নিংথৌ অসিনা ৱারী ময়াম অমা তারিবমখৈ সুকপেন পেনবা নাইরমদে। ৱারী লীবশিংনা ৱারী লোইথোকখিবনা হেক্তা হাল্লি। নিংথৌনা হেক্তা পেলহৌদে।

মমৈথংদদি নিংথৌ অসিনা মনাইশিংদা হায়রকই, "ইনাইশা, নিংথৌ ঐবু ৱারী পেন্না তাহনবা ঙম্বা মীদা নিংথৌ ঐগী ইচানুপী অসি পীরগনি। মরম অদুনা নখোয়না লৈবাক লৈবাক খুদিং চত্তুনা শগোল পাউ চেন্দুনা অসুন্না লাউথোকউ — ৱারী লীবদা সুক্নোই লোইদনা লীবা ঙম্বা মীদা নিংথৌ ঐগী ইচানুপী পীগনি হায়দুনা।"

নিংথৌগী য়াথং অসি তাবদা মনাইশিংনা লৈবাক লৈবাক খুদিংদা চত্তুনা শগোল পাউ চেল্লে। মদুদগী ৱারী লীবা হৈবা পুন্নমক্কা কোনুংদা লাক্তুনা নিংথৌ অসিবু পেন্নবা ৱারী লীবা হৌরক্লে।

ৱারী লীবশিংনা নোংমা-নিনি ৱারী লীরম্লগা মখা ৱারী লৈতদুনা নিংথৌ অসিবু পেলহনবা ঙমদ্রে। নিংথৌনা ৱারী মখাদি হায়না হেক হংবদা মখা লৈত্রে হায়না ৱারী লীবশিং অদুনা হায়রে।

মতম অসিদা ৱারী সুকহে হৈতবা মশক মতৌ ফজবা পাখং মচা অমা লৈরম্মী। মপা মমা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদ্রে, মবোক্লা য়োকই। মহাক্লা খল্লি, — নিংথৌ অসিবু পেন্নবা ৱারী অশাঙবা লীবা ঙম্বা কনা অমত্তা লৈত্রে। অদুনদি নিংথৌ অসিবু ঐগী ৱারী অসিনা পেন্না তাহনবা ঙম্ম্রা হায়বা অদু ঐ অমুক্তং লাইবক ময়েংলুরগে। অসি খল্লদুনা পাখং মচা অসিনা কোনুংদা ৱারী লীবা লাক্লে।



"ঐনা ইনিংথৌদা সুক্রোই লোইবা নাইদবা ৱারী অমত্তা লীজগে।"

মানা কোনুং য়ৌরক্লবা মতমদা নিংথৌদা হায়জরম্মী, "ইনিংথৌ, ইনিংথৌবু কনা অমত্তনা ৱারী লীবদা পেলহনবা ঙমদ্রে। অদুনা ঐনা ইনিংথৌদা সুক্লোই লোইবা নাইদবা ৱারী অমত্তা লীজগে। ঐনা ৱারী অসি লীবা ঙম্লবদি শোয়দনা ইনিংথৌগী ইচানুপী অদু পীবিগনি হায়না ৱাশকপীয়্"।

মদু তাবদা নিংথৌ অদুনা হায়রকই, "ঐ ৱারী কয়া তাপ্রে। নুংঙাইবা ৱারী কয়া অমা য়াওখ্রে। অদুবু লোইখিবনা হেক্তা হানখি, পেলহৌদে। ঐনা তানিংলিবসু সুক্লোই লোইবা নাইদবা ৱারী অদুনি। নঙনা মদুবু লীবা ঙম্লবদি সুকশোয় শোয়দনা ঐগী ইচানুপী অসি নঙোন্দা পীগনি হায়দুনা ঐনা ৱাশক্লি।"

নিংথৌগী ৱাশক অদু তারবা মতুংদা নুপা অদুনা অদুদি ননাই ঐ ৱারী লীবা হৌজরগে হায়দুনা মখুৎ লোন্নদুনা নিংথৌ অদু খুরুম্লগা ৱারী হৌরকই— "ইনিংথৌ, লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লি। নিংথৌ অসিগী ফৌ হাপ্পা অচৌবা পুক্কে অমা লৈরম্মী। পুক্কে অদুদা য়াম্না পীকপা মখুল অমা লৈরম্মী। মদুদা কৌজেং ময়াম অমা লাক্লগা ফৌ অদুবু চাবা লাক্লম্মী। অদুবু মখোয় অদু অপীকপা মখুল অদুদা চঙবা চন্দবনিনা — কৌজেং অমা চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি ............।"

অসুম্না কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি হায়বা ৱাহৈশিং অসি ফম্না শাংনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়দুনা লৈরে। মদুদা নিংথৌ অদুনা নুপা অদুদা হায়রকই, "য়ারে, য়ারে ইবুংঙো, ৱারীদু মখা তারো।"

অসুম্না হায়রকপদা নুপা অসিনা খুম্মী, "ইনিংথৌ, কৌজেং অসি অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে, মসিনা লোইবপোৎ নত্তেদা। অদুগা নিংথৌগী পুক্কে অদুসু ওহোক্লা চাউথ্রবনি।" অদুনা কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি.... অসুম্না ৱারী লীবা নুপা অদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন মখা তানা লেপ্তনা হায়দুনা লৈরে।

নিংথৌনা চারে, চাফমদা হায়রে। তুম্লে, তুম্ফমদা হায়রে। ফম্লে, ফম্ফমদা হায়রে। চৎলে, চৎন-চৎনা হায়রে। মনুং অচৌবা চঙবদফাওবা নিংথৌনা মনুংদগী তানবা মপান্দা ৱারী লীবা অসিনা কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি অসুম্না ৱাহৈশিং অসি হঞ্জিন হঞ্জিন লাউদুনা ৱারী লীরে।

**উমাইবী অমসুং অতে ফুঙ্গা ৱারীশিং**

নিংথৌ অসিনা মপান্দা থোক্লক্লবসু নিংথৌগী মতুং ইন্নদুনা- কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ, মরু অমা পুথোকখি হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন হায়দুনা লৈরে।

নিংথৌনা মখা তারো হায়রুরবসু - ইনিংথৌ, কৌজেং য়ান্না য়াম্মী, মসিনা লোইবপোৎ নত্তে। নিংথৌগী পুক্কে অদুসু ওস্থোক্লা চাউখ্রবপোৎনি। অসুন্না হায়রগা মখা তানা কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি হায়দুনা লেপ্পা লৈতনা ৱারীদু লীদুনা লৈরে।

অসুন্না নুমিৎ খরনি নুপা অসিনা নিংথৌদা ৱারী লীরিবনি হায়দুনা লৈরক্লে। অসুন্না তৌবা অসিদা নিংথৌ অসি চাফম থকফম তুম্ফম মথোং খঙলক্রে। নিংথৌনা মখা তাউ হায়রুবসু মানা থোকপা অমা-ইনিংথৌ কৌজেং য়ান্না য়াম্মী, মসিনা লোইবপোৎ নত্তে, নিংথৌগী পুক্কেদুসু ওস্থোক্লা চাউখ্রবনি হায়দুনা হেক্তা খুল্লকই।



তোক্লো, নঙগী ৱারী অদু ঐ পেল্লে, তানিংদ্রে হায়না নিংথৌনা খংলাউ লাওরকই।

## *ৱারীদা ভাওবা নিংথৌ*

নিংথৌ অসিগী মনাকোংদা নুপা অসিনা লেপ্লা লৈতনা-কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি। কৌজেং অমমুক চঙই, ফৌ মরু অমা পুথোকখি অসুন্না হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রকপা অসিদা নিংথৌ অসিনা তাবদা য়াম্না ৱারে।

মমৈথংদদি নিংথৌ অসিনা শাউনা লাউরকই "তোক্লো, নঙগী ৱারী অদু ঐ পেল্লে, তানিংদ্রে।" অসুন্না শাউনা লাউরকপা অদুদা নুপা অসি খঙপ্রেক খঙদুনা ৱারী খঙলেপ লেপ্পি।

অদুদগীদি নুপা অসিনা নিংথৌদা মখুৎ লোন্নদুনা হায়রকই, "ইনিংথৌ, ননাইনা ইনিংথৌবু পেন্নবা ৱারী লীজরবনিনা হৌজিক্তি ইনিংথৌগী ইচা ইবেম্মদো পীবিরো।"

অসুন্না হায়রকপা অসিদা নিংথৌ অসিনা হান্ননা ৱাশকখ্রবনিনা পীদবা য়াদদুনা নুপা অসিদা মচানুপী অদু অওং অউন চাউনা তমদুনা লুহোংখ্রে। ৱারী শুকহৈ হৈতবা, মপা মমা লৈজদ্রবা পাখং মচা অদুনা লৌশিং হৈবদগী নিংথৌবু পেন্নবা ৱারী লীদুনা নিংথৌগী মচানুপী অদু লায়না লৌখি অমসুং নিংথৌগী মমাক ওইদুনা নুংঙাইনা পানখি।

- ঃ লোইরবা ঃ -






